# সমাজ অমসুং নুপী।

## ( SOCIETY AND WOMEN )

অইবা

ডাক্তর মোইরাংথেম নরা সিংহ

অহানবা ফোংবা

নভেম্বর, ১৯৭৫



কোপী মশিং:—১০০০



লাইরিক ফংফম

মরু ওইবা বুক ষ্টোরশিংদা

নম্ফমঃ— ডি মণিপুর ষ্টেসনরি এণ্ড প্রিন্টিং ইণ্ডষ্ট্রিজ
খ্বাই নাগা মপাল, ইম্ফাল

মমলঃ—লুপা ২.০০

# ৱাহৈ থরদং

## "পৃথিবীগী নুপাশিং পুল্লসি"!

হৌজক লৈরিবা সমাজ অসিদা নমথধিরবা অমসুং ওংপিরবা কাংলুপশিংগী মনুংদা অমুকস্তু খাইদগী হেন্না ফাওনা ওৎপিরবা অমসুং নৈহৎপিরবা কাংলুপ অদু নুপীশিংনী। নুপাগা নুপীগা অধিকার মান্নে হায়তুনা চন্দাদ লাউরি, আইন কয়া শেম্লগ অতুনু তশেংনা মান্নরব্রা?

নুপী ফাবা, নমতুনা বেইজ্জৎ তৌবীবা, নুপী ফুবা, নুপী লোনবা, নুপাগী অনিংবা মতুংইন্না নুপীবু হেক্তা থাইনবীবা, যুমদগী মপান থোকহন্দবা, মহৈ মশিং মপুং ফানা তমহন্দবা অমদি "ওবলা পাঙ্গল শোনবী ইকাইখিবনা নথাক্তা লৈতেংনী" হায়বনাচংবা শুক্ষ্মৎ ৱাহৈ কয়ানা পুন্দুনা চংলবী সমাজগী পোক্নদা নুপীবু শান্নপোৎকুম ৎম্বীরীবা পুন্নমক অসিবু অধিকার মাননগী মরেক লারবা খুদমশিংলা ??

ভারত নীংতম্বগী লান্দা ভারতকী প্রজাশিংনা লান্থেংনখি। পৃথিবীগী লোয়নম কয়ানা মনিংতম্বগী অকনবা লাংতো চংখি। মণিপুরনা মপুং ফাবা রাজ্য ( *Statehood* ) ফংনবগীদমক্তা মণিপুরগী প্রজাশিংনা অন্দলোন হৌখি। হৌজিক ভারতকী মীশিং

কোটি ৫৮গী তঙ্খাই অমদি লুপীনী। অসুক যামখ্রবা অমসুং নম-থবীববা ভাবতকী লুপীশিংবু মপুং ফানা ১নিং তমহন্নবগী লাম্দি কনানা থেংনবীগনি ভাবতকী লুপীশিংনা নত্তনা ?

লুপী ওইবগী দখা মযাম অসি কোংক্লবা লাম্বেল ইরৈমক কৈত্রবা ? ঐনা চাউথোক্লা থুমন্ত নিংই মত্তুদি লুপীগী দম শিং অসি পুন্না কোকপা যাবা অমথক্তা ভাইবনা লাম্বশ অচু তংশংনা লৈবে। কবম্বা লম্বেল ? মীনা মীবু ওৎপা কৈত্রবা, অ.চৌ পীশক নাইদনা মীপুম থুদিংমক পুন্না লুংভাইনা চৎমিন্নবা যাবা লম্বেল "সমাজবাদনী"

শোক ১৯৭৫"পৃথিবীগী লুপীগী চহি" অসিদা ঐনা সমাজ অমসুং লুপী হাযবা লাইবিক মচা অসি লুপীশিংগী মঙ্গমদা থুদোক ওইনা লাম্হোকচদি। লাইবিক অসি পাবীবগা মীযামগীদমক্তা ওইবা অনৌবা রাখল অমা পোকপা ঙম্লবদি ঐগী পুন্সি মহৈ য়াল্লে থঙ্গনি।

অইবা।

# সমাজ অমসুং নুপী

ঐখোয়না য়াম্ন তোইনা হায়বৈ মতুংদি নুপী অমগী মপোদি য়ুমদা লৈবা, ইমুং মচুংগী থবক ইখাং শু-নোম্ব অমসুং অঙাং যোকপনী হায়না। অমুক্সু হায়নৈ মতুংদি নুপানা নুপীগা থবক তৌবদা হৈ-শিংবা অমসুং অকনবা থবক শুনবদা লম্বা তৌবা য়াবোই; নুপীনা নুপাদগী হন্থনা লৈবা হায়বাসিমক ঈশ্বরনা পীথো-রকপনী হায়না। তোইগুম্বসু মসি ঐখোয়না সমাজ অমসুং ইমুং মচুং চাওখৎলকপগী ইতিহাস নৈনকবগাদ তশেংনা লাপ্ন হায়বসি খঙবা ঙমহ। সমাজদা লৈবম্বা নুপাগী থক অসি চহি কয়াদগী হোংবা নাইদনা লৈবকপা নত্তে। মসি সমাজ অতুগী পোথোক্কী অমসুং শেমগৎলকপগী মও হোংবগা লোয়ননা অতুন হোংলকই।

মীওইবা জাতি অসিনা হিংনবগীদমক্তা দরকার ওইবা পোৎচং অনি লৈ। মথাদ (১) চানবা চিঞ্জাক, শেংনবা ফিবোন, লৈফম হায়বিবাশিং অসি পুথোকপা অমসুং শাগা। (২) মীওইবা জাতি অসিগী থার লৈহনবা (Reproduction) মসিনী। সমাজ চাওখৎলকপগী ইতিহাস নীংথিনা নৈনবগা ঐখোয়না খঙবা ঙমই মতুংদি মীওইবনা মহাক্কী হিংনবগীদমক্তা চিঞ্জাক ফবোক্নচিংবা পুথোকপদা শিজিন্নবিবা পাম্বৈশিং (methods) অতুদা মীওইবা কাংলুপ (species) অসিগী থার শেম্নবগী হায়বদি পুহোংবা, ইমুংমচুং শেম্নকপনচিংবা অসিগী যুম্ফম ওইবকথি।

ভারতকী নুপীশিংদা পৃথিবীগী অতৈ নুপীশিংদগী খেংনবা তোঙান্নবা মখল অমনি হায়না ঐখোয়গী লৈবাক্তা হায়নৈ। ভারতকী নুপীশিং অসিদি চাহি কয়াদগী হৌনা চংনবক্নবা ত্রেদিশনাশিংনা লেপ্তেংজবীনি। মরম অদুনা ভারতকী চাওখৎ খোংথাংদা মসিনা অপনবা পী হায়না খল্লবা ফাওবদা অখন্নবা ভারতকী চংনবী ত্রেদিশনশিং অসিদি যোকখত্তুনা থমগনবনি হায়নৈ। মীওই থবা অমনা অমুকস্তু হ যবী মতুংদ থুংনাং চাওশিন্না চংশিনবগী মহুত্তা ঐখোয়না বেদগী মতম (গোলদন এজ হায়না খঙনবা) অদু অমুক হন্না পুবক্নব হোংনগদবনি। তৌইগুম্বসু মার্ক্সকী দর্শনশাস্ত্র (Philosophy) না মহৌ কবন্না মথং মথং হৌরবা সমাজশিং অদুবু হিজ্জননীক ওইনা নৈনগদগে হায়বা ঐখোয়দা ইম্বীবে। মহাক্কী দর্শন শাস্ত্র অসিনা ঐখোয়বু হৌজিক মতমগী অবস্তা নৈনরগা তুংদা করি কিথম ওইবক্কনী হায়বত্সু খঙবা ঙমহল্লে।

মার্ক্সিজম (Marxism) অসি ঐখোয়না লৈবিবা পৃথিবী অমসুং মীওইবা সমাজ অসিনা পৃথিবীগী শরুক মচেৎ অমা ওইনা লৌরগা নৈনবা সেন্টেন্স থিওরি অদুবুন। মার্ক্সীজম হায়বা মমিং অসিদি ঐখোয়না কার্ল মার্ক্স (১৮১৮—১৮৮৩) অমসুং মহাক্কী মরূপ ফ্রেদরিক এঙ্গেলস (১৮২০—১৮৯৫) গা পুন্না ১৯ শুবা শতাব্দগী ময়াই চল্লকপা অমসুং লোইশিল্লমদাহৌদা ইরম্বা থিওরি অদুবুনী।

কার্ল মার্ক্স হায়বিবা নুপা অসি পৃথিবীদা লৈরিবা সমাজশিংগী মনুংদা মীনা মীবু শৎপ লৈত্রবা অমসুং লাইরবা কোক্সবা

অনৌবা মুংঙাইর । সমাজ অমা 'লংথৎপগী রাখল অমসুং লমাজ হোৎদে'কপীবম্বা মহাপুরুষ অত্থনী। মার্ক্সিজম অ'স পৃথিবীগী অপুনবা শক্তমু নৈনবীবা বিজ্ঞান অমনি। মসিনা ঐথোযদা সমাজ অমগী চাওখৎলকপগী মায়থোং খুদিংমক নৈনবা অমসুং খঙবদা মতেং পাই। মার্ক্সিজমগী মতু'ইন্না পৃথিবীদা লৈবরা পোৎ খুদিংমক অ'সি লে'দনা অমত্তা লৈতে। পোৎ খুদিংমক অতৎপা লৈতনা হোংদু'তা লৈ। মসি চাওখৎলকপগী নত্রগা শিথবকপগী থৌওংদা লৈ। অহোংবা নাইবিবা অ'স ইথং খঙহৌদনা মতোমত্তা ওক্ত-জববপা নত্তে মসি চাউখৎলকপা অমসুং শিথবকপা অ নগী শক্তি-শিং তক্করকপগী ফলনি। পো'ৎশক অমা হেক ওইনকপদগী হোনা হেনগৎলকপা অমসুং হম্বকপগী শক্তি অনি অসিংক পুন্না ঝাও-রকই অমসুং অনিমকসি মাগী মাগী ত্তোঙানবা মাযকৈবোমদা কন্না চিংশিন্নবগী লেপ্পা লৈতবা লডাই (struggle) অমা লৈ। হেন-গৎলকপগী (growth) শক্তিনা কনবা হেল্লিবমৈৎ পো'ৎশক অত্থু অসুম অসুম চাওখৎলকই অত্থুগা শক্তি অত্থু শেম্বকপা মতমদা শিথবা হৌরকই।

পোৎশক অমা কুইরক্লবা অমসুং শিববা মতমদা ইচম চম্না মত্থু অহাঙবদা মঙখিদে। মত্থুনা অনৌবা পো'ৎশক অমা ওল্লকই। মসিগী থৌওং 'পুম্বা অসি অহিংবা জিবা অমা শা নত্রগা পাম্বীগী পুক্সিনা থুদম উত্থুনা তাকপা যাই। মীওইবা অমদা চাউরকপা অমসুং শিথবকপগী শক্তি অনিমক লৈ। চহি খবা ম্বাওবা মহাক চাউবা হেনগৎলকই, মত্থুদগী চাউবগী শক্তি অসি

শোম্বকই অমসুং শিথবা হোবকই। মমৈথদা মহাক শিবকই তোইগুম্বসুং মহাক্না শিজিন্নৈগী মমাংদা মহাকী মহুৎ শিন্নবা মচা ধার থনমই

মীওইবা জাতিগী ইতিহাস অসি মহোশানা জাতি অমগা জাতি অমগগী লোক্ক থবা শান অমসুং নিংখৌ অমনা নিংখৌ অমগী মথক্ত তৌনখিবা লানশিং অদু রেকোর্ড তৌশিনবদুবুনি হায়না লৌনৈ। কনগুম্বনা মনি জংশংন মখোয মখোযগী লৈবাক জয় তৌনংবগী আশাদা নত্রগা খুৎনবা অমসুং ফত্তবগী শক্তম বযানা নীতি থবা লেমজুনা চৎনহনখিনি হায়নসু লৌনৈ। অমুবসু বরি-গুম্বদনা মসিবু লৈবাক অমগী ইজৎ বন্নবগী নত্রগা ধর্মগী থইবা লম্বীবোমদা চংশনব ওইনসু লৌনৈ। ইতিহাসপু অমুন্না নৈংবা অমসুং লৌনবা অসি মাক্সিজমনা পেন্দে।

মাক্সিষ্ট দর্শনশাস্ত্রগী মতুং ইন্না ইতিহাসবা কনিগুম্বা তাং-কক অমদা মীওইবা সমাজগী লৈনহৌবা মবীগী চাওখৎলকপা অমসুং সমাজ অমগী মওং পুন্নমক অসি অকক্নবা নিযম থবনা ভাক্কুনা লৈ। ব্রাখলনা সংসার অসিগী মওং কয মুকাস থোক-হনখিবা অমসুং ওনহনখিব মত্তু তোইগুম্বসুং মতুগী ওন্ন তৈনবদা ব্রাখল অসি মপানগী পৃথিবা (External World) অসিনা পোকহনখিবনি। মীওইবনা পৃথি অসিগী বিজ্ঞানিক ওইবা মিৎ-য়েং অমা লৈত্রবদি মহাক্না সমাজদা অহোংবা নাইরিবা অসিগী হোবকক্ষম নিংথিনা খঙবা ঙমদে। অসুম্না হায়নৈ মতুদি সমাজ অমগী অহোংবা হেক হেক নাইরক্লিবশিং অসিদি অচৌবা মীওই থন্না ব্রাখল যাম্না থনগনবা, ফিলোজোফরশিং লৈবাক ঙাকপশিং

নত্রগা লমজিংবশিং কয়াগী অনিংবা অমসুং য়াথন্দগীনী হায়না। মসি অরানবা ওইগনি। লৈরম্বা সমাজ অদু অহোংবা অমগী মপুং ফাবক্রবা মতমদা হায়বদি হায়গী লৈবক্লিবা অবিবা চৎনবীশিং অদু চৎনব য়ারক্তুনা অনৌবা অমা হোংলমদাইদা মীওই থবনা অনৌবা সমাজ অমা ওইহনবদা খোংচৎ অদু থবা থুগাইহনবগনি। মসি সমাজ অমগী কবিগুম্বা মতাং অমদা অচৌবা মীওই থবগী য়াথন তনা ইচম চম্না পুবকপা ঙমদে।

এব্রাহম লিংকোলনা আমেরিকাদা মিনাই লোইবগী মযোক্তা মায় পাক্লা লান হৌখি। মসি মহাক মথন্তনা মিনাই লোইবগী চৎনবা অসি ফত্তে খন্দুনা হেক্তা মুথৎখিবা নত্তে, তৌ?গুম্বসুং মতম অদুদা আমেরিকা অসি চাওখৎলবা কলকাবখনা যাম্না লিংখৎলবা লৈবাক ওইবক্রদুনা হায়গী অদিবা নিংথৌ পানবগী চৎনবী অমসুং পোথোকশিং অদু মুংৎপা হাবম্বনী। অনৌবা পোথো কী মওং অসিদা মিনাই অমা ওইনা থবক তৌহনবগী মহুত্তা কলকাবখনাদা থবক শুরবা শিন্মি অমা ওইনা দবকাব ওইরমই। ইংলেন্দা ক্রোমবেলনা গনতন্ত্র অমসুং পার্লিয়ামেন্ট লৈহন্নবা লান-হো চংশিনখি। মসিদা ঐখোয়না থংবা দবকাব ওইবিবদ মহাক মথন্তগী মথৌনা অমসুং থবকশিং অদুতা নত্তে। মহাক্না ইংলিসকী প্রজা সেক্সন অমা লমজংদুনা মতম অদুগী নিংথৌ পানবগী শুপনম সাসন থুগাইদুনা অনৌবা চৎনবী অমা মী থুদিংমক মন্নিং তম্না শেল তাঙবা য়াবা, ইনাকখুনগৎলকপা যানবগী লম্বী অমা হাংদোকলম্বদুনি। হায়গী চৎনবী কয়া মুথৎলগা অনৌবা অহোংবা

কয়া অমা হেক লেক পুবক্লিবা অ'সগী মরম নৈনবা অসিনা ইতিহাস খিজ্জানগী মুমকম্নি হায়বা তাকই।

অসুম্না নৈনবদগী খংলকপা জ্ঞানশিং অহু শিজিন্নহুনা ঐখোয়না সমাজ চাওখৎলকপগী নিয়মশিং খঙবা ঙমই। মসিগী নিয়মশিং অসি কেমিষ্ট্রি নত্রগা অতৈ অত্তে প্পা বিজ্ঞানশিংগী নিয়মগুম্না চুমই। মসিবু অমুক্তং খঙলবদি ঐখোয়না অতৈ বিজ্ঞানগুম্না শিজিন্নবা য়াই অমসুং ঐখোয়না করি থোকলকপা য়াবগে হায়বা ঙম্বতা নত্তনা তশেংনা থোকহনবা য়াই।

   

মীওইবগী ইতিহাসনা অহানবা হৌগৎলকপগী তাংকক হায়বদি উহৈ য়াহৈ চাহুনা অমদি শা-তান্দুনা লেপ্লিঙৈ মতমতুগী মাযাম তিন্নবগী পুন্সি (Social life) অহুবু অরিবা কম্যুনিজম (Primitive Communism) হায়না কৌই। মমৈথংদা মীওইবনা খবা হেন্না শিংলকপদগী শা মণ যোকপা হৌরকখি, মৈ পুথোকখি অমসুং কোরি পিথাইনচিংবা থাতু শিজিন্নবা হৌবকখি, ( মতম অসিদগী লুংগী খুৎলু খুৎলাই শিজিন্নবা তোকখি ) অমসুং লৌউবা হৈরকখি। মখোযগী মীয়াম লৈমিন্নবগী পুন্সি অহু পোথোক্নী মওং হোংবা থুদিংগী হোংলক'খ।

মতাং অসিদা মরুওইবা অচুম্বা অমা মার্ক্সিজম্না হায়রি মহুদি ইতিহাস কৈদোউঙৈদা হঙিন্দে। অনৌবা সমাজ থু'দংমক্না হান্না লৈরম্বা সমাজ থুদিংমক্তগী হেন্না চাওখৎলি। মীওইবনা পোৎশিং অসুম অসুম চাং য়েংই অমসুং অনৌবা জ্ঞান কংলকই।

মখোয়না প্রকৃতিগী শক্তিশিং (Natural forces) নো'ঙ্জু মুংশা অমসুং অঙৈং অশাদগী ঙাকথোক্নবা হোৎনরকপদা পোথোক্নৌ থুংলাই ফবা অমসুং মশিং হেনগৎলকপনা মখোয়গী পুন্সি হিংবদা থরা লাইথোরকই অমসুং মুংঙাইরকই। সমাজ অমা হৌরকপা, চাউথৎলকপা অমসুং শিথরকপা অদুগা অনৌবা সমাজ অমা হৌরকপা ফাওবগী মনুংদা মীওইবগী জ্ঞান অমসুং পে ৎ পুথোক্নবগী থুংলাইশিং য়াম্না ফগৎলকই। মরম অসিনা অনৌবা সমাজনা মতম থুদিংমক্তা হান্না লৈরম্বা সমাজদগী হেম্না য়াংবা থাক্তা লৈ।

ইমুং মনুংগী মওং অমসুং মী অমগী লমচৎ-শাজৎসু অরেপ্পা লৈতে। মসিসু সমাজ অদুনা হোংবগী মতুং ইন্না হোংলকই। মবম অদুনা মণিপুর অমসুং ভারতনা অমুক হন্না মমাংঙৈগী মতম অদুদা অমুক হজিনগনি হায়না খনবদি লানগনি। পৃথিবী অসি শিনবা থুংনা নিংথৌ পানবগী শাসন য়ামদ্রবা মী থুদিংমক্কী চপ মন্নবা অধিকার লৈরগদবনি হায়নরক্লবা মতমসিদা রাম রাজ্য হায়না খঙনবা রামায়ণদা য়াওরিবা শ্রীরামগী লৈবাক মঙাক্ক (Government) অদু ভারত্তা অমুক হন্না লিংখৎকদবনি হায়না খল্লবদি তশেংনা লানগনি। অসিগুম্বা অরিবা মওংশিং অসিবু হিংগৎহন্নবা হোৎনরীবা কাংবু অসিনা সমাজগী চাওখৎ খোংথাংদা অপনবা পিরী।

*** *** *** ***

মীওইবা সমাজ চাওখৎলকপগী ইতিহাস অসি চাওরাক্লা চহি লাখ মঙারোম শুরে হায়না লৌনৈ। মীওইবা জাতিগী

ইতিহাস পুম্নমক অসিবু শরুক মঙা খোক্না খাইদোকপা যাই। মথুদি—(১) অহিব কম্যুনিজম (Primitive communism) (২) মীনাই লোইবগী সমাজ (Slave owning socieyt ), (৩) লৌযাম চাবা অমদি নিংথৌ পানবগী সমাজ (Feudalism), (৪) শেঞ্জ ও পাযবগী সমাজ (Capitalism) অমসুং (৫) সমাজবাদকী সমাজ (Socialism) নী।

খ্বাইদগী অহানবা মীওইবা ইতিহাসকী তাংকক্‌ত শা-মবক চামবক হায়বদি মীওই শাওই তৌবিদুগী মতম (Savagery) অথুনি। মতাং অসি শাদগী মী ওইরকপা তঙ্জানী (Anthropoid—Darwin's theory of Evolution) মখোয় জঙ্গলদা উদা অমদি শুকংদা লৈবমই অমসুং শ-ঙা, উহৈ রাহৈ চাথুনা হিংলমই। মখোযগী থুংশু থুংলাই অমতা লৈবমদে, অথৌবা ম্নুংগী থুংলাই ফাওবা লৈবমদে। ম্নুপা অমসুং ম্নুপী থুদিংমক কবিগুম্বা মফম অমদা পুন্না লৈবমই। লনাই সম্পত্তগী বাখল লৈবমদে অমসুং মথুনা মতম অথুদা এগী মাগী হায়না রাখল্লু লৈবমদে। ম্নুপানা চানবগীদমক্তা শা তানবা চংলি অথুগা ম্নুপীনা য়ুমদা অঙাংশিং শঙবা ওইনা লৈরোই। ম্নুপী ম্নুপা ওকনগী লৈনবা মবিদা (Sex relation) খ্বাইনা অমতা লৈবমদে হায়বদি মাচন মপাবা, মপা মচা থঙদনা হিন্নরমই।

মমানা অশেংবা 'মমা মপা' (Parent ) হায়বত্তু ওইবমই। মবম অথুনা অঙাংশিং অহু মমাগী মতু ইল্ল। মাওইবা হায়বা কাংলুপ অসিবু শন্দোকপা অমদি যোকখৎপগী দায়তদি ম্নুপীনা ওই। মবম

অহুনা মুপীবু য়াম্না ব্যবহার তৌনরমই। মতম অহু ফাওবা লনাই পোৎ (Private Property) লৈনরমদে অমস্তুং মী অমগা মী অমগগী খেৎনবস্তু লৈরমদে। মতৌ অসুম্না মুপা ১স্তুং মুপীগী মরক্তা মপুং ফানা খেৎনবা লৈতনা মান্নবা লৈরমহ। ঐখোয়না মমাং-লৈগী মতমদা ভারত্তা মুপীশিংবু অরাংবা থাক্তা থমনরমই হায়বিবা মতম অহুদি মীওইবনা জঙ্গলদা লৈদুনৈ অহুগা লনাই লন থুম করিমতা লৈত্রিভৈদনী। মসি ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বদা ঙইখিবা মতমনি।

মীওইবনা অসুম অসুম খঙবা শিংবা হেনগৎলকপদগী মথল ১থা অয়াম্বা মুংগী থুৎত্ত থুৎলাই হায়বদি শিংজং মুংথং পাইজ-গুম্বা শাবা হৈরকখি। তাঙ্গা অমদা মৈ পুথোকখি, মসিদগী মীওইবগী চিঙ্গাকী মওং হোংলকখি অমস্তুং অথোংবা চিঙ্গাক চাবা হৌরকখি। মৈগী মতেংনা অঙ্গংবদগী ঙাকথোকপা ঙমখি অমস্তুং চফু মৈ ইকপা, ধাতু শোদোকহন্দুনা শেম্নংবা শানিংবা থুৎত্ত থুৎলাই শাবগী থুদোংচাবা কয় মুক ফংখি। মৈদগী থুদোং চাবা কয়ামুকসি ফংলকপা মরমশিং অসিনা মৈবু লাইনি হায়না লাৎপা হৌখি। হৌজিক ফাওঁবা ধর্ম্ম কর্ম্ম কয়াদা মৈ পুজা তৌবা অসি চৎনরী।

মতাং অসিদা লিরুং তেন শিজিন্নবা হৌরকখি অমস্তুং মসি-দগীদি মীওইবনা অতৈ শাশিংদগী শক্তি লৈবা পুরা হেনখি। খঙবা হেনগৎলকপা অমদি অনৌবা রাখল কয়াদগী মীওইবনা চিঙ্গাক হেম্না পুথোকপা ঙমলকখি অমস্তুং লৈকম নিংথিনা শেম্বা

শাবা হৈরকখি ।

মতমগী খোংদৈ মতুংইন্না য়ুমপানবগী পুন্সিদা চংহি লেংগা ওইনবা ফুপা অমস্যুং ফুপীতমক লৌন লৈনগদবনি হায়বা য় খল পোক্লরকখি । মরম অসিদগী মপা মচা মগু মপু পানরম্বা তোক্লখি অদুবু মচিন মৌপ্পাদি অদুমক লৌনরমই । তাংকক অসিন্নাই কাওবদি পৃথিবী শিনবা থুংনা মীওইবগী চাওখৎপা অসি মান্নরমই অমস্যুং প্রকৃতিগী শক্তিবু মীওইবনা জয় তৌবা ঙমদ্রি ।

পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা হন্না ফুংশিংকী ফিভম্না মীওইবগী চাওখৎলকপগী খোংথাং অসি থিলহনবা নত্রগা মান্নহন্দবা থোইনা তৌরমদে । মতম অসিদা ভারতকি জাতির জাতিনা খুন্দাদুনা লৈরমই । মতম অসিদদি মচিন মৌপ্পা লৌনবগী য়াফম অদু লমচৎ ব্যবহার অমস্যুং মোরেল হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না য়ানরকখিদে ।

মপাদি মশক খঙদবা অদুগা মমা অমতগী মচাশিং পুন্না লৌনরম্বা অদু মমৈদদি তোকলক্লনা ফুপী অমগা ফুপা অমগা জুরা ওইনা পুন্না ( Pairing marriage as husband and wife ) মখোয়না লৈনিংইবা মথৈ লৈজবা য়ারমই । হৌজিক্কী ঐখোয়না খঙনরিবা লুহোংবা অসিগুম্না তৌরম্বদি নত্তে । মতম থরগী মতুংদা অমুকস্তু মথুন্না মতোনশিংগী মচাশিং লৌন লৈনবা য়ান্নরকখিদে । মতম অদুদা মীশিং অদু পুন্না পুন্না গ্রূপ ওইনা (tribe) লৈরমই । মচিন মৌপ্পা খোকপামথৈ লৌনবা য়ারক্তবদা নতনা লৈমিন্নরীবা

গ্রুপ অচুগী মসুংদসু অমত্তা লৌনবা য়াদবা হায়বসি চৎনবী ওই-রকখি। যুমদা লৈরিবা পোৎ থুদিংমক লুপীশিংগী ওইরমই। মরম অচুনা যুমপানবা মত্তমদা লুপীনা মখোয়গী গ্রুপ অচু থাদোক্না চৎখিদে, লুপানা লুপীগীদা লাক্লখি। মসি খাশি অমসুং গারোদা হৌজিক ফাওবা চৎনরি।

মত্তম অচুদা যুম অমদা লৈবা মীশিংদি লুপী অমা (যুমত্তগী যুম্বুরেন), মহাক্কী মচানুপীশিং, মখোয়গী মপুরোইবশিং অমসুং অঙাংশিংনী। যুম্বুরেন (লুপী) অচুগা লৈরিবা লুপাশিং অচুগা ঈগী মরি লৈনদে অচুগা অতৈদি ঈগী মরি লৈনবা ইমুং মনুং অসি নত্রগা গ্রুপ অসি মমৈথংদাদি লৌন-লৈনবা ইয়ামক য়ানরকখিদে। মখোয়না মখোয়ত্তগী ওইবা ধর্ম্মগী থৌদোক অমসুং চৎনবী কয়া হৌদোরকখি। মসিবু জেনস (Gens) কৌই অমসুং মসিনী ভারত্তদি গোত্র (Gotra) য়েক শলাই হায়রিবা অসিগী হৌরক-ফম।

ঐখোয়গী ইপা ইপুনা অসিগুম্বা পুন্সি অমদা লৈরমই হায়-বসিদা ঐখোয়না ইকাইনৈ ত্তৌইগুম্বসুং অতৈ অতোপ্পা বিজ্ঞানগুম্বা ইতিহাসবুসু ঐখোয়না বিজ্ঞানীক ওইবা মওংদা অশেংবশিং অচু নৈনবা ত্তাই।

***　***　***　***

মথংদা সমাজ চাওথৎলকপগী থাক অসি শা-মঙ্গ য়োকপা হৌরকপা অসিনী। মীওইবনা মহাক্কী কান্নবগীদমক্তা কানৈ হায়বা থত্তলবা শাশিং য়োকপা হৌরকখি। অহানবদা শাশিং অচুনা চানব-বগীদমক্তা য়োকলমই মমৈথংদা শঙ্গোম অমসুং শঙ্গোমদগী থোকপা

পোত্শিং শিজিন্নবা থঙলকখি। মতাং অসি ফাওবা লৌউবা হৈরম-দ্রে। মরম অদুনা মখোয়না চিঙ্গাক ঙহৈ রু হৈ থিবা ওইনা অমসুং শাশিং অদুগী শক্তিক পীক্তকম থিবা কোত্চত্ চত্তুনা মপুন্সি লেলমই। হৌজিক ফাওবদা ভারততা অমসুং অতোপ্পা লৈবাক-শিংগী মফম কয়াদা কোইচত্ চত্তুনা পুন্সি লেনবা কাংলুপশিং ( Nomadic tribes) লৈরি।

মীওইবনা থাতুশিং কো'র, তিন, জিনক্চিংবা শিজিন্নবা হৈরকখি। তোইগুম্বসুং মতাং অসি ফাওবদা মখোয়না লনাই শমপত্তি (Private property) লৈনিংবগী খ্যাল লৈত্রে মরমদি লৌউ-শিংউবগী জ্ঞান লৈত্রিঙৈদুদদি নুপী নুপাশিং অদু পুন্না থবক শুমিন্নরমই অমসুং মখোয়গী হিংবা ঙম্নবগীদমক্ত ওইরমই। লনাই পোত্ ওইনা পৈশিন্নবগী অহেনবা পোত্থোক লৈরমদে। মখোয়না হিংনবগীদমক্তা কন্না শু-নোম্না তারমই। তোইগুম্বসুং শিনফমদি থাইদোক্লবমই, নুপীনা অঙাং শংহোই, অয়োকপা শাশিং শেন্নে অদুগা নুপানা ঙা ফাবা শা তানবনচিংবা অমসুং অতোপ্পা কাংলুপ্পা লান্দরকপা ঙাকথোক্লবা হোত্নরমই। নুপীনা য়ুমগী মকোক ওইবনিনা মহাক্না হায়বশিং অদু নুপাশিংনা ইনবা তারমই অমসুং তৌরমই। অঙাং পুন্নমক মমারোম্নদগী মরি লৈনৈ। করিগুম্বা মমা অমনা শিবা তারবদি মহাক্কী লৈজরম্বা পোত্ পুন্নমক মচানুপীশিংদা য়েনথোক্লরমই। মসিবু মেত্রিয়ারকেল সিসটেম (Matriarchal system) কৌই।

ঙাল্লিঙৈ অহানবগী অসিগুম্বা শিনফম থায়দোক্লবা হায়বদি

পোৎ পুথোকপগী মওং অদুনা যাম্না চমাংলক্লে অদুগা নুপীবু য়ুমদা লৈহন্দুনা খবা খুন্দা চাৎ; অর্থদি অরাংবা থাক্তা থম্লগা অদুনা মমৈথংদদি নুপীবু নমথদুনা থম্বগী লৌবকফম ওইখি। পোথোক্কী মওংশিং হেন্না য়ামাশিল্লকপা অমসুং লুশিল্লকপা অদুগা নুপীনা পোৎ পুথোক্লবগী থবকশিংদা য়াওবক্তবা মতাং অসিনাইদগী সমাজদা নুপীবু নমথবা অমদি ওৎপগী তঙ্গা হৌরকখি।

নুপাগা নুপীগা লৈনবা মরিদা অমুক্কা হেন্না অহোংবা লাকখি। লমিন্ননবা অপাম্বা থনবদা অথিংবা লৈবক হেন্না হেন্না পাকথোক-লকখি। ঐখোয়না মথক্তা থঙলে মদুদি মপা মচা নত্রগা মচিন মৌপুং থোকপা মখৈ লৌনবদা অথিংবা লৈরম্বদু। মসি অসুম অসুম হেন্না যান্নরকখিদে। মরমদি লক্ষবা মরিমতাশিংনা লৌন লৈনবসি অমাংবা কয়া লাকই হায়বা থঙলকথি। মতাং অসিদগীদি নুপা অমগা নুপী অমগা তোঙান্না য়ুমপান্দুনা লৈবা হৌরকখি। পুল্লপ পুম্না লৌন-লৈনদুনা লৈরিঙৈগী মতমদসু খরা হেন্না সুংশিনবা নুপী অমগা নুপা অমগদি খবা তোঙান ওইনা লৈরমই। অদুবু তোঙান্না জুবা জুবা লৈনবা অসি হেন্না চৎনবী ওইরকখি। লুহোংবগী মওং নাইনা চৎনবীদি তোঙান্না অদুমক লৈরমগ্রে। নুপা অমগা নুপী অমগা মতৈ মনাও ওইনা মথোয়না লৈনিংইবা-মখৈ লৈজবা য়ারমই অদুগা লৈমিন্ননিংদ্রবা মতমদসু থাইদোক্লবদা অথিংবা অমত্তা লৈরমদে। মসিদগীনি হৌজিক্কী নুপা অমগা নুপী অমগতা য়ুমপান্নবগী চৎনবী (Monogamy) হৌরকখিবসি।

জুরা ওইনা লৈমিন্নরম্বদগী করিগুম্বদা য় ময়রক্তুনা কান্নবা ভান্নবদি অঙাংশিং অদু মমাগা অচম লৈছোই। মমাসা মহৌশাগী Parent ওইবনা মতৌ মনাওনা লৈমিন্নরিবৈদা শিঙ্গন্নরম্বা পোৎ চৈ য়ুমদা লৈবমথৈ হায়রবদি ফিবোন কোনলিকশিং অদু নুপীনা লোহৌগনি অদুগা লীরুং তেন পোৎ পুথোক্লবগী থুংগু থুংলাই শিংনা নুপানা পুখিগনি। পোৎ পুথোক্লবগী পান্নৈশিং অসি হেন্না হেন্না নুপাগী মথুক্তা ভাবকথি অমসুং মনৈথংদদি মসিনা মরম ওইদুনা নুপানা নুপীদগী শক্তি লৈবা হেল্লকথি।

জুরা লৈমিন্নবা হৌরবা মতম অসিদগু নুপা অমনা নত্রগা নুপী অমনা অময়ময়দগী হেন্না লৌনবসু (Polygamy) য়ারমই। জুরা শেমচুনা নুপা অমগা নুপী অমগা লোনববা মতমসিদসু নুপাদি অতোপ্পা নুপীগা মবি লৈনবা যারমই। মীশিং হেনগৎলকপগী মতুংইন্না অমসুং অসুম অসুম মবি নকুবশিং লোন লৈনবা য়ারক্তবসনা মরম ওইদুনা নুপী অমবু নুপা মযাম চংদুনা লোবা হৌরকখি। মসি নুপীশিং অদুনা নুংঙাইতবা পোকই। অঙাং পোকপা অমসুং যোকপগী দাযত লৈবিবী নুপীশিংনদি অসিগুম্বা মথনগী লৈনরিবা মরি অসি তশেংনা য়ানিংলমদে।

   

মথংদা মীওইবা সমাজ চাওখৎলকপগী থাক্তি মহৈ মরোং পাম্বী থাদুনা লোকপা লৈরকপনি। মখোয়না মরু হল্লগা মহৈ মরোং পাম্বী থাবা য়াই হায়বসি খঙবা হৌরকখি অমসুং মতম

থরদ্রি মসি অকরুবা সতম থবদদা শিজিন্নরমই। তৌইগুম্বসুং যোৎ পুথোরকপদগীদি তেৌ রিবা থবকশিং অসিদা অওম্ববা অমা লাক্লখি। হায়্না মখোয়না শিজিন্নরকপা ধাতুশিংদগী য়োৎনা থাইদগী হেন্না কনবা ধাতু ওইরমই। য়োৎনা লৈপাক তৌথাই-ড়না লাঙ্গোলগী মও দ। শিজিন্নবা হৌরকখি অমসুং মসিদগী লৌউ শিংউবা হৌরকই।

মহৈ মরোং থাবা অমসুং লৌউ শিংউবা হৈরকপদগী মীশিং অসি তুরেল মনাক্তা অমসুং পাৎ ময়াদা থুম তাবা হৌরকখি। মতাং অসি যৌবকপদদি মখোযগী পুান্স অতু থরা হুংডাইরকখি অমসু চাওথৎলকখি। চাননবা শা, শঙ্গোম অমসুং শঙ্গোমদগী থোকপা পোৎশিং, লবুক্কুগী মথল মথা অযাম্বা মহৈ মরোং পুথোকপা ঙম্লক্লে লে য়নবা মখোযনা শেৎনবা ফিরোল শাবা লৈতেংগী পোৎশিং, চক্কু শাবা অমসুং য়ুম শাবা মথং মথং হৈরকখি। শা তানবনা মখোযগী চিঙ্গাক ফংনবগী লম্বী ওইরম্বতু তোকলখি অতুবু হুংডাইনবা অমসুং শান্নবা মথল অমা ওইনা শা তানবসু চৎনবমই। খোঙনা মাইল কয়া কয়া চৎপগী মহুত্তা শগোল,উৎ অমসুং অতৈ শাশিং শিজিন্নরকখি।

মতাং অসিদনি আর্যশিংনা ভারত্তা লাক্লুনা লৈহাও চেনবা ইন্দো গঙ্গেতিক প্লেন্দা থুন্দাবা হৌখিবসি। মীশিং অতুনা মখোয়গী দরকার ওইবা পোৎশিংদগী থরা হেন্না পুথোকপা ঙম্লকখি। মসি-দগী লনাইগী ওইবা রাখল পোকলকখি। থুংঙ থুংলাই হেন্না ফগৎলকপগী মতুং ইন্না মী অমনা মহাক্তী দরকার ওইবদগী হেন্না

পোৎ পুথোকপা ঙম্লকই। মসিনা শু-নোম্বগী মগুন হেনগৎহল্লি অমসুং মীনা মীবু ঙৎপগী মরম ওইরকখি।

অহানবদা মীওইবনা মহাক্না ঙমজবা মথৈ শুজ নোমজবদা মথন্তুগী হিংবা ঙম্নবা পুথোকচরম্বই, মতম অতুদা কনা অমত্তনা অহেনবা ফংবা ঙম্লমদে। হৌজিক্কি মহাক্না মহাক্কী শেংন চানবতা নত্তনা থজিক্কং হেন্নস্ন পুথোকপা ঙম্লক্লে। মসিগী অহেনবা শুবগী শক্তি অসিনা লন (Property) পুথোকপা ঙম্লকখি। অসুম্না মুমিং থুদিংগী থরা থরা হেন্না পৈশিল্লকপনা মমৈদদি লন হু য়ুবছু পুরা ওইরকখি। শুরিবা থবকশিংদি মরুওইনা শা-ষন য়োকপা, লৌউ শিংউবা, ফি শাবা, চকু শাবা অমসুং থাং তেন শাবনি।

লৌউ শিংউবা অমসুং শা য়োকপদা থবক হেন্না কন্না তৌরী-বমথৈ কানবা য়াম্না হেনগৎলকই। মরম অতুনা থবক শুনবগী-দমক্তা মুপা হেন্না দরকার ও'রমই। মসিনা মরম ওইত্তুনা মচা মুপা পোকপনা হেন্না মরু ওইরকখি অমসুং পাম্নরকখি। মতাং অসিদগী হৌনা অঙাং মুপা পোকপা থুদিংগী থবক শুবা ঙম্বা শক্তি অমা হেনগৎলবনি হায়দুনা হরাও কুম্মে তৌদুনা মুংঙাইবা কোং-দোক্লরমই।

পুম্না লৈমিন্নরম্বগী মওং অতু কায়রকখি অতুগা মুপা অমা, মুপী অমা ( মতৈ মনাও ) অমসুং মথোয়গী মচাশিংগা লোয়ননা য়ুম অমমম তোঙাম্না শারগা লৈবা হৌনরকখি। হাম্না পুম্না পৈশি-ন্দুনা থম্বা পোৎ পুম্নমক য়েন্সোক্লরমই অমসুং মতুনা ইমুং অমমমগী লনথুম (property) ওইনরমই। মুপীশিংদি য়ুমদা অতুমক লৈরে

অতুনা পোৎ চৈ লনথুম পৈনবা অমদি পুথোক্লবা হোৎনবগী ইয়াও য়াওদ্রে। ভাবতকী মকুম কয়ামুক্তা চৌজিক কাওবা ফুপীনা লৌ-খোইবগী লাঙোল অমসুং চকু শাবগী চাকা শোকপা য়ানত্রি মরমদি ফুপীবু মরুওইবা থবকশিংদগী য়াওহল্লক্লবা মতম অতুদগী হৌনা হায়রিবা থুৎলাইশিং অসিনা মরুওইবা পোৎ পুথোক্লবগী থুংশু থুংলাই (means of production) ওইরকখি।

লনথূম চেন্না পৈশিনবা ঙম্লকপদগী মসি পোক্লক্লিবা অঙাংশিং অতুগী ওইগদবনি হায়না মপা ওইরিবশিং অতুনা থল্লকখি। অতুনা মখোয়গী ফুপীশিংনা অতোপ্পা ফুপাগা মরি লৈনতুনা পোক্ল-কপা অঙাংগী দরকার ওইদ্রে হায়বা ব্রাখল লাকখি। পোক্লক্লিবা অঙাং খুদিংমক মহাক্ক অশেংবা মচানি হায়বা খঙবা তারমই। মরম অতুনা ফুপীশিংবু য়ুমদগী হেন্দোকহন্দবা অমসুং অতোপ্পা ফুপাশিংগা উনহন্দবা হৌরকখি। ফুপা অমগা ফুপী অমতগা লৌন লৈনবগী থ্র খল অতু মতাং অসিদগী হৌরকখি।(সমাজবাদ লাকত্রিবা ফাওনদি ফুপীশিংনা ফুপা অমমমতগা লৈমিন্নবা অতুগা ফুপাশিংদি মখোয়না হেক পাম্বা মখৈ মশিং নাইদনা অতুমক লৌতুনা লৈখি-গনি) মতাং অসিব্রাইদগী লুহোংবগী মওং অমসুং চৎনবী অসি হেন্না হেন্না চ্যেকশিল্লকখি। হৌজিক্কী ঐখোয়না খঙনরিবা লুহোং-বগী নিয়ম অমসুং চৎনবীশিং অসিদি হৌখ্রবা থৌদোক কয়া অমসুং চাংয়েং কয়াদগী লৈরকখিবনি। হিন্দুগী অরিবা লাইরিকশিংদা মথল মথা অয়াম্বা লুহোংবগী মওং অমদি চৎনবীশিং থেংনৈ। মখোয়শিং অতুগী মতুংদা মরুওইবা থরদি ব্রহ্মা, প্রজাপতিয়া,

আর্য্য, দৈব্য, গন্ধর্ব্বা, অসুর্য্যা অসিনাচংবনি। মখোয়শিং অসি লুহোংবা হৌদোরকপগী তোঙান তোঙানবা মওংশিংনী।

হুপীশিংগী মনিং মথা তম্বা মাঙলকপা অমসুং মখোয়বু নমথবগী হৌরককমদি লনাইগী ওইবা লনথুম (Private Property) পৈশিনবা হৌরকপদগীনি। অঙাংশিংগী মরি অসি মমারোমদগী য়েংনরম্বদু তোক্লক্তুনা মপারোমদগী য়েংনবকখি (Matriarchal system was replaced by the Patriarchal system) মপারোমদগী য়েংনবা অসি হৌরকপদগী হুপীবু সমাজদা অহানবা অচৌবা মায়থিবা পীবা অমা ওইখি।

মতাং অসিদা ঐখোয়না হৌজিক চবদি লনাই লনথুম পৈশিনবা হৌরকখিবা অসিদগী মীনা মীবু ওৎপা হৌরকখি হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না লনাই সমপতি লৈরকপদগী নাকল অমদা হুপানা হুপীবু নমথবা অমদি ওৎপা হৌরকই অমসুং অতোপ্পা নাকল অমদনা মীনা মীবু ওৎপসু হৌরকখি। মরম অসিনা হুপীবু নমথবা অমসুং মীনা মীবু ওৎ-নৈবা অসি কোকহনবা তারবদ লনাইগী সমপাত্তি পুম্নমক লৈহন্দবা তাই (Private Property must be abolished)। সমাজদা খাইদগী হেন্না ওৎপী নৈবীরবা অমসুং নমথবীরবা কাংলুপাত্ত হুপীশিংনী অমসুং মখোয়বু.মপুং ফানা মনিং মথা তমহনগে হায়রবদি সমাজদা হেক লৈরিবা অওৎ অনৈগী মওং অমসুং নিয়ম পুম্নমক হান্না মুথৎপা তাই।

পাবীরিবশিংনা লানা লৌবীরোইদবা অমনা—লনাই শমপত্তি হায়বসিদা প্রাইভেৎ প্রোপর্তি অমসুং পর্শোনেল প্রোপর্তি অনিগী

খেৎনবা নীংশিংবীগনি। প্রাইভেৎ প্রোপর্তি হায়বসিনা ঐগী পোৎ অদু শান্দোক্লগা কান্নবা পুরকপা অমসুং শেন্দোং লৈহনবা অদুবুনী অদুগা পর্শোনেল প্রোপর্তি হায়বসিনা ঐগী চংদবা য়াত্রবা দরকার ওইদুনা থমজরিবা পোৎশিং অদুবুনি।

*** *** *** ***

ভারত্তা নুপীশিংবু মপুং ফানা মনিং তমহনবা অমসুং নুপাগা নুপীগা অধিকার মান্নহনবগী ৱাফমদা য়ানিংদ্রিবা মীওইশিংনা মতম চুপ্পদা সিতা অমসুং সাবিত্রিগী ৱারী পুশিল্লকপা তোক্তে। অদুবু হিন্দুগী অরিবা লাইরিকশিংদা সতি নুপী অনি অসিগী ৱারীথক্তনা লোইদ্রি। মহাভারত্তা কুনতিবু সতিনী হায়না ব্যবহার তৌনৈ। দ্রৌপতিবু পান্দোব মচিন মনাও মঙাগী অপুনবা নুপী ওইনা লৌখি। অদুবু মহাকপুস্ন সতিনী হায়না লৌনৈ। মসিনা তাকপদি মতম অদুদা নুপা ময়াম্না নুপী অমবু মখোয়গী অপুনবা নুপী ওইনা লৌবা (polygamy) চৎনরমই। অসিগুম্বা মথল মথা অয়াম্বগী থুদম লৈ। পানথ্রবা নিংথৌশিং অদুগা সমাজদা থরা থাক ৱাংনা লৈরম্বা মীওইশিংদি নুপী অমদগী হেন্না লৌরম্বা ঙাক্তনী।

অরিবা হিন্দুগী সমাজদা নুপীবু অৱাংবা থাক্তা থম্মরমই হায়নৈ। অদুবু মহাভারত্তা অমুক হন্না য়েংশি—দ্রৌপতিবু চৌবর শান্নবদা মচিন মনাও মঙানা থাদোকখি। মসিনা তাকপদি মতম অদুদা নুপীবু নুপাগী লনাই সমপত্তি ওইনা লৌনরমই হায়বসিনী। বেদগী

মতমদা লৈরম্বা নুপী লাইরিক হৈবী থরগী মমিং পল্লে, মসিনা তাক-পদি মতম অতুদা নুপাগা নুপীগা অধিকার মান্নবমই অমসুং নুপী-বুসু মথোয়গী লৈজবা শক্তি চাওখৎহন্নবা হোৎনবগী খুদোংচাবা ফংহল্লমই।

মসিগী মথং তারকপদা ইরম্বা লাইবিকশিংদদি মরু ওইবা ফিরেপ লৈরবী নুপীগী মমিংশিং পনবা থেংনদে। চেনা লিপিং হেন্না ইরম্বা মহাভারত্তা ফিরেপ লৈবী নুপী অমতগী মমিং পল্লমদে। সিতা অমসুং সাবিত্রি অনি অসিথক্তবু ফিদমনিংঙাই ওইবী নুপী ওইরমই। মথোয়গী ধর্ম্ম অমসুং মথোংদগী তমজনিংঙাও ওইরিবদি মপুরোইবতবু ঈশ্বরনী থন্দুনা নীংজবা অমসুং মথোয়গীদমক্তা অন্নাবা কযা থাওহনা মপু ন্স কংথোক্লব হোৎনবশিং অতনী।

হৌজিক্তি ঐখোয়না খঙলে মতুংদি তোঙান তোঙানবা মখলগী লৌন লৈনবা চৎনরিঙৈ অতুগা নুপা অমগা নুপী অমতগদা সৈত্তে মনাও ওইনা লৈমিন্নবা অসি চৎনদ্রিঙৈদা মহাভারত ইরম্বনী অতুগা নুপা অমগা নুপী অমগতা লৌন-লৈনবা অসি চৎনবা হৌর-রক্লবা মতুংদা রামায়ন অসি ইরম্বনী। নুপীনা মপুরোইববু হেন্না নীংবা থাজনিংঙাই ওইবা অমসুং কংথোকপা ওম্বগী গুন লৈগন-বনি হায়বসি কন্না শন্দোকলমই। রামায়নগী মরুওইবা উদেশ্যদি ইমুং মনুংদা লৈনবা নুংশিনবা অমদি থাজনবা, অঙাংশিংনা মমা-মপাবু নীংবা অমসুং নুপীনা মপুরোইববু য়াম্না নীংবা অসিনী। তৌইগুম্বসুং নুপানা নুপী য়াম্না লোনবদি য়ারমই। খুদম ওইনা

দশরথ মহারাজগী লুপী অহুম লৈরমই অদুগা রাবনগীনা ময়াম অমা লৈরমই।

ঐখোয়না মীওইবা সমাজ চাওখৎলকপগী মরম নৈনবদা মরু-ওইরিবদি মদু ঐখোযগী লৈবাক্কী ইতিহাসকা মরি লৈনহন্দুনা ইয়সবা লাইবিকশিং অদু মমুৎ তানা খঙবনি। ঐখোয়না ইতিহাসপু বিজ্ঞনীক ওইবা মওংদা নীংথিনা নৈনদুনা মীযামদা খঙহনবা ঙম্নবদি অরিবা মখলগী লৈরম্বা চৎনবীশিং অদু লৈহনগদবনি অমদি হিং-গৎহনগদবনি হায়দুনতা লৈরীবা চাওখৎপা পামদবা মীওইশিংবু মায়থিবা পীবা ঙমগনি। ভাবতকী ইতিহাসপু ঐখোয়না ইচম চম্না মুসলিমশিংনা লাকত্রিবৈগী ভারত অমসুং মুসলিমশিংগী মতুংদা ওইবকপা ভারত হায়দুনা শরুক অনিথক্তমক খায়দোকপা য়ারোই। চৌজিক্কী সমাজ অসি ওইরত্রিবৈদা অতোপ্পা পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংমক্তা ওইরকখিবগুম্না ঐখোয়গীসু সমাজ চাওখৎ-লকপগী থাক কয়া মথং মথং লাম্লোরকখিবনি। সমাজগী অহোংবা নাইরক্লিবা অসিগী অশেংবা মরম অদু ঐখোয়না মমুৎ তানা নৈনবা তাবনি।

   

মীওইবনা অহানবদা কাংলুপ কাংলুপ ওইনা লৈরমই অমসুং কাংলুপশিং অদু অমগা অমগা থৎনবা অমদি লাল থেংনবা মতমদা মাইথিরবা কাংবুদু লোয়না হাত্তোক্লরমই নত্রগা মচিন মনাও-শিংনী খন্দুনা লাল ঙম্লিবা কাংবু অদুগা লৈমিন্নরমই। লুপী অমসুং অঙাংশিংসু মান্নবা অহুম লৈমিন্নরমই। মমৈথংদদি থবক

শুরগা পোথোক হেনগৎলি অমদি কাম্নৈ হায়বা খঙলকপদগী লালদা মায়থিরবা কাংবু অতু মিনাই ওইনা পুরকখি অমসুং থবক শুহল্লমই। মখোয়না হিংবদা চংদবা যাত্রবা শেংন চানবা খজিক্তুং পীবীবা নত্তুনা অতৈ করি অমত্তা পীবীরমদে। মখোয়না পোল্লকপা মচা মশুশিংসু মিনাই অতুম ওইরকখি।

মতাং অসিদদি ইমুং অমদা লৈরীবসি হুপা অমা (য়ুম্লুবেন), মাগী হুপী, মচাশিং অমসুং মীনাইশিং অতুনি। মীনাই হুপী থুদিংমক য়ুম্লুবেন অতুনা তাম্মোকনীংবগা অতুম তাম্মোক্লমই। ইমুং অতুগী লৈরিবা লমশিং, শা-যণ, য়ুম অতুগা অতৈ অতোপ্পা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক য়ুম্লুবেন অতুগী ওইরমই। পুথোবকইবা পোৎশিং অতু ইমুং মমুংগী শিজিন্নবত্তা নত্তুনা অহেনবশিং অতুদি কৈথেলদা য়োনবা চৎনরুকখি। মসিদগীনি ললোন ইতিক হৌবক থবা। অহানবদা পোৎ অমগা পোৎ অমগা ওন্নবা অমদি শিন্দনবা ওইনা চৎনরমই অমসুং মমৈথংদদি পৈশা চৎনবা হৌরকখি

অহেনবা পোথোকশিং অতু য়োল্লগা লন থুন হেন্না পৈশিন্নরকপা অসিনা মরম ওইদুনা সমাজদা ঈনাকথুনবা অমসুং লাইববা হায়বা কাংলুপ অনিসি থোরকখি। মীনাইশিং অতুতবু নৈহৎপীরবা কাংবু ওইরমদে তৌইশুম্বসুং মরম থরদগী লনথুম কৌথিনা তানবা শুমহৌত্রবা মীওইশিংতু সমাজ অতুদা থব হুম্বা থাক্তা লৈরমই। মখোয়না লৌ থবা যাম্না লৈবা শা-মন অমসুং পোথোকী থুৎলাই লৈবা মীওইশিংগী থবক শুরমই। মখোযশিং অসিবু সর্ফস কৌই।

লৌউ শিংউবা অসিনা মরুওইবা পোথোক্কী মওং ওইরমই। মরম অসিনা লৈহাও চেনবা হরাম্মুংশিং ফবা অমস্যুং ঈশিং মরাং কাইনা ফংবা মফমশিংদা মীয়াম্না পুন্না পুন্না খুন্দানরকখি। কাংলুপ তোঙানবা, য়েক শলাই তোঙানবা মীওইশিংস্যু পুন্না পুন্না লৈমিন্নবা হৌরকখি। মসিনা মমৈদদি খুঙ্গং অমস্যুং সহর মথং মথং ওই-বকখি। মতমগী মতুং ইন্না অতোপ অতোপ্পা মফম কয়ামুক্তস্যু অশুম্না খুঙ্গং অমস্যুং সহব শেমগৎলকখি।

লন্থুম পৈশিনবা হেনগৎনরকপা, মীশিং হেনগৎলকপা অমদি কুংনা খুন্দাবা হেনগৎলকপশিং অসিনা অনৌবা থৌদোক কয়া থোকখি। চুবান চিন্থি তৌবা হৌরনকখি। কাংবু কাংবু য়েং-খিনবস্যু লৈরকখি। পুন্না থুন অমদদি লৈমিন্নবা তোঙান তোঙান-বা কাংবু ময়াম মুংশিননা শান্তি ওইনা লৈমিন্ননবগী নীয়মস্যু শেম্বা তারকলমই। মরম অতুনা মীয়ামগী ওইরিবা থৌদোক ময়ামসি মওং অমদা ময়ামগী খুদোং চানবা শেমদোকপা দরকার ওইরমই। ময়াম্না য়াবা থরা তৌবা ঙম্বা মুপা অমবু ময়াম পুন্নমক্তুগী মকোক ওইনা খল্লমই। অতোপ্পা কাংবুনা লান্দারকপদগী ঙাকথোক্নবা লান্মি থল্লংই অমস্যু শান্তি থম্নবগীদমক পুলিস থল্লমই। মীচম প্রজা অমগী মথৌ, মীয়ামগী মকোক ওইনা খল্লিবা লুপাতুগী (Chief) মথৌ, লান্মি অমস্যুং পুলিসকী অধিকার অমস্যুং তৌগদবা মথৌশিং পুন্নমক তোঙান তোঙান্না নীয়ম শেমহনা তৌনরকখি। ময়াম অসি শিন্দোক শিনজিন তৌবদা ফন্দ থরা দরকার ওই-রমই। মরম অসিদগী প্রজাশিংদগী টেক্স লৌবা হৌরকখি। মসিনী

হৌজিক্কী ওইরিবা ঐখোয়গী ষ্টেট মেচিন্নারীসিগী হৌরকফম।

লননা শক্তি হেন্না লৈবা হৌরকখি অমসুং মতমগী মতুং ইন্না থরা ইনাক খুনবা মীনা অতৈ সাধারন প্রজাদগী হেন্না শক্তি লৈবা মী ওইরকখি। খাইদগী হেন্না ইনাক খুনবা লৌয়াম চাবা মুপা অহুবু মরামগী মকোকনি হায়না লৌনরমগ। খুদোং চাবা অসি লৌতুনা হাযরিবা ইনাকখুনবা লৌয়াম চাবসিনা মকোক ওইরিবা লম লল্লগা কম্যুনিতি অতুগী লম পুন্নমক মাগীনি হায়না লাওথোক্লে। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা মখোয় মশামক অসি মীয়াম্বু ভাকবা ঈশ্বরনা থাবকপা আইন শেম্ব, মীনি হায়—জিল্লি। মসিদগীনি নিংথৌদি ঈশ্বরগী শক্তি লৈ হাযবা' থিওরি ( The theory of the divine right of Rajas ) পুথোকখ্রিবা।

মতাং অসিদগী লৈবাক ভাকপা মী খনবদা প্রজাগী অধিকার লৈরকত্রে মরমদি নিংথৌগী মচা মশুনা মথং মথং নিংথৌ ওইবগী শ্বত ফংনখি। নিংথৌনা রাজ্য অপুনবা অতুগী মপু ওইরমই অমসুং লৈবাক অদুদা লৈরিবা মুপী পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী অধিকার লৈরমই। লৈশাবী অমা লুহোংবা তাররদি লুহোংবগী অহানবা অহিং অহু নিংথৌগা লৈমিন্নবা তাররমই। নিংথৌনা পান্নবদি মপুরোইবা লৈবী মুপী অমসু মঙোম্বা হেক্তা মপুরোইবতুনা কৎহল্লি। অসিগুম্বা চৎনবীশিং অসি ভারতকী রাজ্য কয়ামুক্তা ইকুই কুইত্রিবগী মমাংদা কাওবা লৈরমই। ময়াই চল্লকপা শদাব্দী ফাওবদা ইউরোপকী লৈবাক-

শিংদসু চৎনবী অসি শিন থুংনা লৈরমই।

তৌগদবা মথল মথা কয়াগী থবকশিং লৈরম্বনা মীশিং অতগী মরক্তা শিনকম খায়দোক্লবা দরকার ওইরমই। থরনা লান্মি, থরনা লৌউবা, ললোনবা, যোৎ থাং শুবা, আইন শেম্বা অমসুং স্কোলারশিংনী। অম্সুম্না শিনফম খায়দোক্লরকপা অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা লোয়না তৌরকখি। সমাজগী লৈবিবা তোঙান তোঙানবা শিনফমদা অকক্লনা তৌনবা চৎনরকখি। মপানা তৌরম্বা নত্রগা তৌরিবা শিনফম অহু মচানুপাশিংনসু মতুমক তৌনরমই। মসি ভারতদি য়াম্না হেন্না চ্যেকশিন্না মপাগী মতুং ইন্নরমই অমসুং মসিনী হৌজিক হিন্দুশিংদা জাৎ তোঙানবগী ব্র।কম লৈনরীবসি।

*** *** *** ***

লৌয়ামচাবা অমসুং নিংথৌ পানবগী মতম অসিদা (Period of feudalism) ইনাকথুনবা মীশিংগী শক্তি হেনগৎলকখি অমসুং মীপা মীগগী] মরক্তা খেৎনরকপসু য়াম্না হেনগৎলকখি। অতুগা সমাজদা তুপীগী থাকসু হন্থরকখি। তুপীশিংগী মনিং মথা ভম্বদা হেন্না হেন্না অথিংবা লাকখি। মখোয়বু তোঙান তাইন্দুনা অতোপ্পা মপানগী তুপা অমতনা উদনবা য়ুমগী খাজিল্লবা মকমদা লৈহল্লমই। মফম কয়ামুক্তদি মখোয়না চথোকপা মতমদা অতোপ্পা তুপাশিংনা মশক খঙদনবা নমতুনা মমায় থুমজিলহল্লি। এশিয়াগী লৈবাক্ক থরদা নিংথৌগী ইমুং মনুংগী নত্রগা থরা থাক লৈরবা ইমুং মনুংগী তুপীশিংদি অতোপ্পা তুপা অমতগা উন্নহন্দনবা ইকোয় কোয়না খাজিল্লগা লৈহল্লমই।

হুপী অমগী মপুন্সিসি মহাক্কী মপুরোইবত্তগী ওইরমই। ভারততদি মসিগী চৎনবী অসি অসুপকী মতিক কন্নমই মতুংদি ইতিহাসতা ঐথোয়না থেংনরীবতুনী। করিগুম্বা হুপা অমা শিরবদি মহাক্কী হুপী অহুসু নমতুনা মৈহুংদা পোৎলোইশিল্লি। হুপী অমা লুপ্পা ওইহুনা হিংহোরবদি মহাকপু সমাজগী করিগুম্বা ময়াম তিন্নবা থবক অমত্তদা য়াওহল্লমদে। মতাং অসিদা অরানবা খাথল অমা ঐথোয় ভারতকী মীশিংদা লৈনরী মতুংদি মতম অসিদা হুপীশিং অসি য়াম্না মনিং মথা তন্নমই অহুগা বেদগী মতমদা লৈরম্বগুম্না হুপীবু অরাংবা থাক্তা থম্নরমই অহুগা মথোয়বু হম্বনা। থম্বা হোরকপাসিদি ভারত্তা মুসলিমশিংনা লাক্লবা মতমদনি হায়না। মসিমসু হায়রৈ মতুংদি হুপীশিংবু তোঙানা থম্বা হোরকখিবসু মুসলিমশিংনা লাক্লবা মতমদনি হায়না মসি তশেংনা লাল্লি। মুসলিমশিংনা লাকত্রিঙৈ মমাংদগী হান্নদা অসিগুম্বা সমাজগী অওনবা কয়াসি লৈপ্রবনি।

হুপীবু তোঙান্না থম্বগী চৎনবী অসিগী মরমদা মরি লৈননা ইরম্বা ইহান হান্না থেংনবা লাইরিকশিংদি ৫ শুবা শদাব্দী বি, সি দা লৈরম্বা পানিনিনা ইরম্বশিংদা থেংনৈ। মথংদা ৪ শুবা শদাব্দী বি, সি, মৌর্যগী মতমদা লৈরম্বা কৌতিল্য (চানক্য) না মহাক্কী অর্থশাস্ত্রগী ২০ শুবা পন্দুপ্তা মতম অতুগী অচৌ অশাং নিংথৌনচিংবগী মমুমদা হুপীশিংবু খ্বাইদগী চেংকশিন্না অমদি কন্না ঙাক শেল্লবগী মরমদা ইরমই। পুম্না লৈমিন্নবা ইমুংশিংদসু হুপীবু তোঙান্না থম্বগী মরমদা পানিনি অমসুং কৌতিল্য অনিমক্কী ইরম্বশিংদা থেংনৈ।

খৃষ্টান ইরা হৌফাত্রিঙৈদা মানু (Manu) না ইবম্বশিংদগীসু কংই মতুদি মতম অতুদা নুপীশিংবু মচৈ মশিং তমহল্লমদে অমসুং অঙাং ওইনা লুহোংবসু (Child marriage) চৎনহল্লমই। মসি হৌজিক ফাওবদা ভারতকী মফম খরদদি চৎনবা য়াওরি।

মহাভারতকী মতমদা নিংথৌগী ইমুংশিংদা লৈনখিবা সহিগী খুদম কয়াসু পল্লরী। মসি খৃ ৩২৭-৩২৬ বি,সি দা আলেকজেন্দরগা লোয়ননা ভারত্তা লাকখিবা লাইরিক ইবশিং অতুনা থেংনরম্বনী। মরম অসিনা ঐথোয়না খঙলে মতুদি নুপীশিংবু ইমুং মনুংদা চ্যেকশিন্না থম্মখিবা অসি মুসলিমশিংনা লান্দারকখিবদগী নত্তে, তৌইগুম্বসুং মসি পৃথিবী শিনবা থুংনা ফিউদেলিজম (Feudalism) হৌগৎলকপদা চৎনরম্বা সমাজগী ওইবা শক্তম খরনি।

ইনাক কৈরাক খুনবা মীওই খরতনা নুংঙাইরম্বা ওইরগসু মতম অসি চাওখৎপগী মতাং অমনি। মরমদি মতম অসিদা সাহিত্য কালা, ঈশৈ কবিতা অমসুং ড্রামানচিংবা হিরম কয়াদা য়াম্না খুমাং চাওশিল্লকখি।

নুপীবু নুপাগী অপাম্বদা নীংবা থুংহন্নবা পোৎশক অমা ওইনা হন্থবকখি। অরাংবা থাকী কবিতাশিংদা নুপীগী কজবা থাত্নুনা য়াম্না ইরমই। নুপীশিংগীদমক্তা মমল য়াম্নবা লিক কোল শারমই, ফজরবা ফিরোন, মনম হুংশি রবা থাও অমসুং মথোয়গী লৈতেং শীদমক্তা মথল মথেল কয়াগী পোৎ পুথোক্লমই। মসি নুপীশিংবু ব্যবহার উৎপগী মওংদা তৌবা নৎলমদে। তৌইগুম্বসুং মসি নুপী-

শিংনা লুপাগী অপাম্বা থুংহন্নবগীদমক্তা লৈবনি হায়না লৌনরম্বা অদুনা লুপা শিংনসু মখোয়বু ( লুপীশিংবু ) ঙক্তরবা অমসুং শুম্বাং-নিংঙাই ওইরবা পোৎশক অমা ওইহল্লিংলমই ।

মতম অসিদা জগোই অমসুং ঈশৈ থাক য়াংনা চাওখৎলমই । জগোই শাবী অমসুং ঈশৈ শকপী লুপীশিং থোরক্লুনা কালা বিদ্যা অমদি আর্টশিং অসিবু চাওখৎহনখি । লুপী কয় মুক্তা অসিগুম্বা কালা বিদ্যাদা য়াম্না নীংথিনা পাংথোক্লমই । অদুবু মসি সমাজদা লুপীগী থাক য়াংখৎহনবা নত্রগা মখোয়গী লৈজরিবা শক্তি চাও-খৎহনবদি .নৎলমদে । কালা বিদ্যা অসিদা লুপীশিংবু পুক্লিং থৌগৎপীবম্বদি ইনাক কৈরাক থুনবা মীওই থরগী মতম লেনবদা লুংঙাইনবগী ওইরমই । লুপীবু লুপাগী শান্ননবা পোৎশক অমা ওইহল্লমই ।

   

অর্থনিতিগী (শেলথুম) ফিভমদা মতম অসি ললোনবশিংনা লৈরম্লীবা মীশিংগী মখুংদা মরুওইবা শরুক অমা ওইরকখি । ললোনবশিংনা ভোঙান ভোঙানবা পৃথিবীগী মায়কৈ থুদিংমক্তা অনৌবা কৈথেল থিবা হৌনরকখি অমসুং দরকার ওইবা পোৎ খরা পুথোকপদা চংগদবা অহানবা পোৎচংশিং হায়বদি রো মেট-রিয়েলস থিব কোয়না চৎনরকখি । লম চৎপদা থুদোংথিবা য়াম্না থেংনরমই অমসুং মরম অদুনা চথোক চৎশিন্দা থুম্দোং চানবা উপাই কয়া থিবা লাক্লরমই । পোথোক হেনগৎপনা শেম্দোং

য়াম্না হেনগৎলমই, মবম অদুনা পোৎ পুথোক্নবা পাম্বৈশিং হেন্না ফগৎহল্নবা ঙাম্নমই। মসি পাংথোক্নবগীদমক্তা পুক্নিং চংনা প্রকৃতিগী নিয়মশিং নৈনবা ঙাম্নমই অমসুং মীওইবা জাতিগী কান্নবা নিয়মশিং অদু শিজিন্নবা ঙাম্নমই। মতাং অসিদা তোঙান তোঙানবা বিজ্ঞানশিং অমসুং প্রকৃতিগী নৈন্নিবা অঙকপা কয়া মুকশি খঙবা ঙম্নবা কন্না হোৎনবমই। কোপরনিকস অমসুং গালে-লিওনচিংবা সাইন্টিষ্টশিংনা পৃথিবীগী মওং (Shape), মাগী চৎলিবা খোংচৎ (rotation) অমসুং সংসার (Universe) অসি শেম্বগী মবমদা খঙহনবীদুনা, হান্নগী নৈনম্বা অবিবা ওন্না তৈনবা রাখল কযাবু হোংহনখি। নিউতনা পৃথিবীদা চিংশিন্নবগী শক্তি (Laws of Gravitation) নৈ হায়না পুথোক্লম্বা অমসুং দারবিনগী মীওইবনা হৌবকপগী থিওরি (Darwin's theory of the evolution of the human species) ময়ামসিনা মীওইবগী বাখল্লা অওনবা অমা পুবকখি।

বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা তৎতনা থিজিনবদগী ষ্টিম ইঞ্জিন (Steam engine) পুথোকপা ঙম্নকখি অমসুং মসিনা মীওই-বগী ইতিহাসতা য়াম্না মকওইবা লম্বী অমা ফাংখি। হৌজিক্তি অনৌবা ইনজিগী হৌকম পুথোক্নুনা চথোক চৎশিন্দা য়াম্না হেন্না থুদোং চাহল্লে। কংফানগী লম্বীদা রেলরে ইঞ্জিন অদুগা ঈশিং লম্বীদা ষ্টিম জহাজ শিজিন্নদুনা থুদোং চানা অমসুং থন্না থুনা চথোক চৎশিন তৌবা হৌরে। অসিগুম্বা ষ্টীম ইঞ্জিন অসি অমুকসু টেক্সতাইল ইন্দষ্ট্রী কয়াদা পানশিন্দুনা শিজিন্নবা হৌখি।

অনৌবা মী কাংলুপ অমা থোরকপা হৌখি। মহুৎদি শেঞ্জাও পায়বা কাংবু (Capitalist Class) মখোয় অসিগীদি পৈশা লৈ অমসুং মহুনা অনৌবা পোৎ পুথোক্লবগী, মেচিন্‌চিংবা লৈদুনা শিজিন্নরমই। মখোয়শিং অসি হৌবকপদদি ললোন ইত্তিক তৌরম্বা কাংবু অদুনি। ললোনবদা তালহৌবা পৈশাদুনা মেচি-ন্নারী কয়া শাগৎদুনা পোথোক য়াম্না হেনগৎলমই। মতাং অসি ফাওবদা লৌয়াম চাবা ( Landlord ) মীওইশিং (খাইদগী য়াম্না লৌয়াম চাবদি নিংথৌ) অসিনা পাল্লিবা লৈবাক অদুগী শক্তি পুন্নমক পায়রমই অমসুং অসিগুম্বা সমাজগী মীওই কাংলুপ থবা অসিগী মথুত্তা মরুওইবা পোথোকী পাম্বৈ হায়বদি লমশিং অত্ত লৈরমই।

হৌজিক্কী অনৌবা শেঞ্জাও পাইবগী কাংলুপ অমা থোরক-পসিনা বেলেন্স ওফ পাৱারদা অহোংবা অমসু লাকখি। পো-থোকী পাম্বৈ ওইরিবা থুৎলাইশিং পুন্নমক য়াম্না থুনমক অনৌবা কাংবু অসিগী মথুত্তা লাকখি। তুমথৎলক্লিবা কাংবুশিং (হায়বদি শেঞ্জাও পাইবা বুর্জুর্জি) অসিগা মযাই চাযথরক্লিবা লৌয়াম চাবা কাংবুশিং (Feudal landlords) অমিসিগী মরক্তা য়াম্নদবা অমদি খৎনবা হৌরকখি। ইংলেন্দ অমসু ফ্রন্সবুম্বা খুৎশা হৈবগী থবক্তা, য়াম্না থুনা চাওখৎলক্লবা লৈবাকশিংদদি শেঞ্জাও পাইবা কাংবুশিংনা লৌয়াম চাবশিংবু ভাক্তুনা লৈরিবা নিং-থৌশিংগী মায়োক্তা অকনবা লড়াই তৌরমই। ইংলেন্দা চার্লস ১ বু হাত্তোকখি অদুগা ফ্রান্সতা নিংথৌগী মায়োক্তা খৃঃ ১৭৮৯দা

শানহৌ অমা ( revolution) তৌখি। বুর্জোয়াজিগী কাংবু অসিনা দরকার ওইরিবহুগা লৌয়াম চাবশিং অহুনা দরকার ওইরিবহুগা মওং খেৎনরমই। মরম অহুনা লৈরম্ব্রিবা সমাজ অহুদা ৎনরম্বা পুন্নমক অহোংবা অমা দরকার ওইরমই।

অনৌবা মেচিনগী মপুশিং অহুনা নো মগী খুৎশুমন পীহুনা থবক শুবা মী, শিল্পি নেকপা হায়রমই। মরম অহুনা মপুশি চুপ্পা বন্দি ওইনা লৌয়াম চাবগী থবক তৌহুনা লৈজরম্বা মীওই-শিং (Serfs ) অহুবু বন্দি অহুদগী নাম্থোক্নবা লাল হৌহল্লমই। মী খুদিংমক মান্নবা, মনিংতম্বা অমসুং মচিন মনাও ভাক্তনী Equality, Liberty & Fraternity) হায়বগী স্লোগান্দা খোয়না (Capitalists) মীয়ামদা গনতন্ত্রবু ( Democracy ) শক থঙহল্লমই ।

মেচিন শিজিন্নহুনা থবক তৌবদা জ্ঞান লৈবা থবক শুবা মী দরকার ওইরমই। মরম অহুনা বুর্জোয়াজিশিংনা মীপুম খুদিংমক মহৈ মশিং তমহনগদবনি হায়বা রাখল অসি হৌদোকখি। বুর্জোয়াজিশিংনা মখোয়গী কারখানাদা অরাইবা থবক তৌহন্নবগীদমক্তা লুপীশিংবুসু অহাঙবা মতমদা থবক শুহন্নবা প্লান তৌরমই। মরম অহুনা মখোয়না লুপীশিংবু মপুং ফানা মনিং তমহন্নবা, পার্টী শেৎপা, অভোং ওইনা লুহোংবা, তোখাই তানা থম্বা তোকহন্নবা অমদি লুপীবু মহৈ মশিং তমহনবা, লুহোংবা অমসুং খায়নবদা লুপাগা অধিকার মান্নহনবা হায়বা অমদি লুপানা লুপী য়াম্না লোনবা য়াহল্লোইদবনি হায়বা রাখলশিং অসিসু হৌদোকখি।

ভারত্তা অসিগুম্বঃ লৌযামচাবগী (Feudalism) সমাজদা চৎমন্নম্বা সোসিয়েল কসতমশিং শেমদোকপা হৌদোকখিবশিংদি সত্তি, পাৰ্দা অমসুং লুহোংবা, লুপ্রাবীশিংবু অমুক হন্না যুম প'নবা যাবা অমসুং নুপীবু ংহৈ মশিং তমহনবা ১৯ শুবা শকাব্দা লোইরমদাই অমদি ২০ শুবা শকাব্দ হৌবকপা ফাওবদা লড়াই কযা চথরম্বা অসিনী। লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা (সোসি-য়েল রিফোর্মরে) রাজ্য রাম মোহন রায়, ঈশ্বরচন্দ্রবিদ্যাশাগর, স্বামি দয়ানন্দ (পঞ্জাব) বিবসালিঙ্গম (অন্ধ্র) না অন্দোলোন্দা লমজিংখি।

শেঞ্জাও পাযবা কাংবুশিংনা মীথুদিংমক ম'ন্নগদবনি মনিং তমহনগদবনি অমসুং ইচিল ইনাও ভাক্তনি হাযনা লাউবিবা স্লোগান অহু'ভশেংনা সমাজদা তোন্থনা লৈববা মীওই কাংলুপপু মনিং তমহনবা অমদি শেমগৎপীবগী রাথলদি কবিমত্তা তৌরমদে।

মখোয়না অসুম্না শিল্পন্নিবসি মীয়াম্বু লৌযাম চাবা কাংবুগী মায়োক্তা পুনশিনবা যানবা অমদি ইন্দষ্ট্রী চাওথৎনবা সমাজ অমগী দবকাব ওইবশিং ফংহনা অনৌবা সমাজ অমগী মওং শেম্নবগীদমক্তনী। লৌযাম চাবগীদা থবক শুরম্বা কাংবু অহু কারখানা লিংখৎলবা মতমদদি শিম্মি লোয়না ওইরকখি। মখোয়না থুঙং থাদোক্কুনা সহবদা থবক তৌবা লাক্লমই। ময়াম লৈবা য়াবা মফমশিং পুম্না পুন্না লৈত্তনা নোংমগী অসুমন্না মপুঙ্গি লেনবা হৌবকখি। ইমুং মন্থুংগী আই (income) থন্না হেন্নবগীদমক্তা

শিন্মিশিং অদুগী নুপী অমসুং অঙাংশিংবুসু কাবখানাদ থবক তৌহল্লমই ।

মনিং তমহনবগী নামাদা নুপীশিংবু যুমদগী মপান লোকহন্দুনা কাবখানাদা থবক তৌহল্লমই । অদুবু মতাং অসিদগীদি নুপীশিংবু থবগা হেন্না অমুকসু ওৎপীরে মবমদি যুমদা ইমুং মনুংগী থবক ইনখাং পুন্নমক মখোয়না তৌবা অদুগা কারখানাদসু অকনবা থবক তৌহনবা ম্রার্কসোপ্তা চৎপসিনা মখোযগী পম্বুং ওইরে ।

শেঙ্গাও পায়বগী সমাজদদি পোৎ থুদিংমক যোন্নবগীদমক্তা পুথোকপা কমোদিতি (Commodity) ওইবে । মবম অদুনা শেঙ্গাও পায়বগী (Capitalism) পার্থা চৎনবীবা সমাজ অসিনা নুপীগী হকচাংবুসু (কমোদিতি) য়োন্নবা পোৎ ওইহল্লে । থুদম ওইনা হাযববদা পৈশাগীদমক্তা নুপী থবনা ইরুৎ য়োম্থোক্না মশা শান্দোকলি । অসিগুম্বা শেলতবু উবব অমসুং তান্নবকপা সমাজ অসিদা হিংবা ওন্নবগীদমক্তা পাঙ্গল শোল্লবী ইচে ইচল কযানা উপাই লৈরক্তবদগী এক্তবী (Prostitute) হাযবা মিংথোন কংতনা পুন্সি লেন্নবী ।

লুহোংবগী মতাংদসু নুপীশিংনা মখোযগী অপাম্বা মীশক থনজবা যাউ হাযরগসু অয়াম্বা নুপীশিংদি লুহোংবা (য়ুমপানবা) হায়বসি মথোযবু চাবা থাকপীবা অমদি ফিজেৎ খোনবীবা ওম্বা নুপাশিংদা পুক্নিচুপ্পগী ঠিকা লৌহন্দুনা মশাবু পীথোক্লবা ওাক্তনী । নুপী অমনা মহাক্কী নুংশিনজবা নুপা অমগা হেক্তা লৈবা হায়বসি মহাক্কী অহল লমনশিংনা পাক য়াগন্দে । মরুওইনা লুহোংবদা

য়েংনরিবদি নুংশিবা (*LOVE*) হাযবন্ত নত্তে, শেলবুনী অমসুং লনথুম্বুনী। সমপত্তি য়াম্না লৈতবা অমদি পৈশা পাংদবা ইমুংদদি মচা মশু থাজনিংদে।

পৈশাতবু য়েংহনা নুপী অমনা নুপা অমগা লুহোংবা তাবগী মতাংদা কার্ল মার্ক্সনা হায়বমই।—

*"She differs from the ordinary Courtesan only in that she does not hire out her body like a wage worker on piece work, but sells it into slavery once for all."* মহুদি—মহাক্না (লনতবু যেংহনা লুমপাল্লিবা নুপী অহনা) সহরদা লৈবী নুপী অমদগী খেৎনবীবসি থবক মচেৎ অমদা অশুমন তাঙ্গবগুম্না মহাক্না মশা অহু শান্দোকপা নত্তে তৌইগু-মসুং মশা অপুম্বা পুন্সিচুপ্পগী মিনাই ওইনা য়োল্হোকপ্লবনি।

শেঙ্গাও পায়বগী সমাজ অসিদা নুপীবু মনিং তমহনবা অমসুং নুপাগা অধিকার মান্নবগী রা কযা হাযনরে অদুবু অশেংবমক্তি নুপীশিংদা পোৎলুম কয়া থোঙ্গৎপীরী। মতুদি হিংনবগী অতোপ্পা পাম্বৈ লৈত্রবদি মহাক্না মশা অদুবু য়োল্হোকহল্লি অমসুং শেলগী দরকার ওইবনা মহাকপু শেৎ-চাবা থোনবী থাকপীবা ওম্বা নুপাদা মপুন্সিচুপ্পা মহাক্না হকচাং অহু তঙাইফদনা পীথোকপা তাহল্লি।

নুপা অমগা নুপী অমগ তমক লোৌন লৈনগদবনি হায়বগী মতাংদসু আইন কয়া শেম্লে অদুবু নুপাশি দি মথোযগী লৈরীবা নুপীশিং অদুত নতুনা লোম্না কয়া অমসু লৌহনা পৈ অমসুং মমিং

চংলবী কযাগী মনাক্তসু মতম লেল্লুই। অসিগুম্বা সুপাগী খবক-শিং অসিদদি সমাজনা কাউথোকই ক'রিসু হায়নদে। তৌইগুম্বসুং কবিগুম্বদা সুপাগী অসিগুম্বা হেন্সিনবা শাক্সং অসিদা মখোয়গী সুপীশিংনা পেল্লকুবদগী পুকচেল খক্সিন্দুং হোংলকপদদি সমাজনা অসিগুম্বা সুপীশিংবু যাম্না খিনা ভাংনবী।

***  ***  ***  ***

ঙসি কম্যুনিষ্টশিংনা সমাজবাদ অমসুং মতুদগী হেন্না ব্রাংবা থাক কম্যুনিজম পুরক্লবা হোংনরী। সমাজবাদতদি লনাই শমপত্তি লৈবা যাদে অতুগা মীনা মাবু ওৎপা অমসুং সমাজনা সুপীবু ভৎপগী লম্বী লৈতে। ওৎপা নৈবগী চংনবী মযাম অসিদি লনাই শমপত্তি লৈবা হৌবকপদগীনি।

লনাই শমপত্তি লৈহন্দবা হাযবসি করিগুম্বদা মুন্না খঙদবা যাওই। মীওই খবনা খল্লি মতুদি ইমুং মন্নুংগী লৈবিবা শেৎনচানবা পোৎ লৈ ফি-রোল ফাওবা নেশ্যনেলাইজ তৌবনি হাযনা। মসি অবানবা ব্রাখলনি। প্রাইভেৎ প্রোপর্টি অমসুং পার্শোনেল প্রোপর্টিগী খেৎনবসু পাবীবীবশিংনা নিংশিংবিগনি। প্রাইভেৎ প্রোপর্টি মুখৎপা হায়বদি সমাজবাদ চংলবা লৈবাক্তা কনাগুম্বা মী অমতনা পোৎ পুথোক্লবা থুংলাইশিংগী মপু ওইবা য়াদে অমসুং কনা অমতনা মী অমবু থুংভমন্দা শান্দুনা শিজিন্নবা ঙমদে। কনাগুম্বা অমতবু পোৎ পুথোক্লবা পাইস্বশিংগী মপু ওইহল্লবদি কনাগুম্বা অমতনা অতোপ্পা মীশিংবু মাগী খবক শুহন্দুনা লন থুম তানশিনবা ওইথোক্তে। শুঙ্গ নোমজরিবা কাংবুশিংগী থুংভমন

মতুংনা চাবীবগী লম্বী অমুক হন্না লৈত্রে।

মীপুম খুদিংমক মানা মানা ঙমজবগী মতুং ইন্না থবক তৌবা অহুগা তৌরিবা অতুগী মতুং ইন্না অশুমন ফংজে। মতৌ অসুন্না সমাজবাদ চংলবা মকমশিংদা লনাই শমপত্তি লৈহনবা হায়বসি ওইথোক্কে। মসিনি মীনা মীবু ওৎপগী হৌরককম অমসুং মরম অসিনা মসি পুরা মুথৎত্রিবনি।

সমাজবাদতদি পুন্সিগী হিরম খুদিংমক্তা সুপাগা সুপীগা মপুং ফানা মান্নে। মসি ইচম চম্বা রাবি শান্নবতা নত্তনা অমদি আইন্দা ইহুনা থম্বত্তা নত্তনা সুপীশিংদা মখোয়গী লৈজরিবা শক্তি-শিং চাওখৎহন্নবগী খুদোংচাবা পীহুনা অশেংবা মান্নবা অহু পুব-রুবনি। সুপী অমদা ইমুং মচুংগী থবক ইনথাং পূন্নমক য়েংশিন্নবা অমদি অঙাং য়োকপগী দায়ত্ত পুন্নমক লৈহল্লে। মসিনা সুপীশিংবু য়ুমদা য়ান্না কন্না পুনশিন্দুনা থমই অমদি মখোয়না থবক অতৈদা সুপাশিংগা তান্নবা ওইথোকহন্দে নত্রগা মখোয়গী লৈজবিবা শক্তি-শিং মপুং ফানা চাওখৎহনবা ঙমদে।

লৈবাক (ষ্টেট) অহুনা অঙাং যোকপা অমসুং ইমুং মচুগী থবক থানাদা মত্তেং পীবীরবা মতমদতা সুপীশিংনা সুপাগা মান্নবা অধিকার পুন্নমক তশেংনা ফংবা ঙমগনি। সমাজবাদ চংলবা লৈবাকশিংদা সুপীশিংবু অসিগুম্ব খুদোংচাবশিং অসি মরাং কায়না পীরে।

খৃঃ ১৯১৭ তা সোভিয়েৎ রুসনা ইহান হান্না সমাজবাদ চংলবা লৈবাক অমা ওইরবা মতমদা ষ্টেটনা সুপীশিংদা হেন্না

খুদোংচবা পুন্নমক পীহুনা অশেংবা মান্নবা অমা পুরকপা ঙম্নবা লেনিন্না হায়খি। ঙসিদি ঐখোয়না খঙলে মহুদি সমাজবাদ চৎপ্রবা লৈবাকশিংদা (Sccialist Countries) শ্ষ্টেন কিন্দর- গার্তেন্স (Kindergartens) গুম্বনা অঙাং য়োকপগী দায়ত লৌ- বীহুনা হুপীশিংবু খুদোংচাবা য়াম্না ফংহল্লি। মসিনা মরম ওইহুনা হুপীশিংসু মখোয়না তৌবা য়াবা থবক খুদিংমক্তা থুমাং চাওশিন্না পাংথোকপা ঙমই। (Kindergartens হায়বদি অঙাংশিংবু ফজনা শেমগৎপা residential School বুনি)

অসিগুম্বা খুদোংচাবশিং অসি শেঞ্জাও পায়বশিংনা সাসন পায়বা (Capitalist Countries) লৈবাকশিং, আমেরিকা ফাওবদা লৈত্রি। সমাজবাদকী লৈবাকশিংদা সরকারগী যাম্না হোঙবা কানটিন লৈহল্লি, অহোঙবা ইলেকট্রিসিটি, চাক থোং- নবা গ্যাস অমসুং মথল মথা অয়াম্বা খুদোং চাবা পুন্নমক পীহুনা হুপীশিংনা ইমুং মহুংগী থবক ইনথাং তৌবদা অরাবা পোৎলুম অমা ওইহল্লে।

অসিগুম্বা অরানবা প্রোপেগন্দা কয়াসু শন্দোকই মহুদি শোশিলিষ্ট লৈবাকুদি ইমুং মহুংগী ওইবা পুন্সি (Family life) লৈতে হায়জিল্লি। থাক্তেশেংবদি খাইদগী হুংঙাইবা অমসুং অরাংবা থাকী ইমুং মহুংগী পুন্সিদি সমাজবাদ চৎলবা মতমদতা লৈবা ঙমই।

মতৌ মনাও হায়বা অসিগী অশেংবা অর্থদা husband and wife অনিমক মান্নবা পার্টনর অমমমনি। হুপীশিংনা চপমা–

মবা খুদোংচাবা ফংহ্না থবক তৌজবা ঙমই। মীনা মীবু ওৎপা লৈত্রবা, অচৌ পিশক থায়দনা অমদি লনথুমদা মিহৌনবা লৈত্রবা অওনবা অমস্তুং অনৌবা সমাজ অমা ওইরবনা সমাজবাদতাদি মতৌ মনাওশিংসে মোরেল চৈন্দর ল্লাংনা মখোয়গী লৈনরিবা তুংশিবফু লেংহন্দনা পুম্বি ঈপাক লানবদা পস্থ্রংকম য়োমিন্নে।

থবক ফংদবা ( Unemployment ) হায়বসি সমাজবাদকী সমাজদা শুকলৈমক লৈহন্দবা য়াই। হৌজিকস্তু শেঙ্গাও পায়বগী লৈবাকশিংগী মতুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাওথৎলবা আমেরিকাদা থবক ফংদবা মী মশিং নাইদনা লৈ। তৌইগুম্বস্তুং শোশিলিষ্ট লৈবাক-শিংদদি মসি পুবা মাঙহনগ্রে। ইনাকথুনবা লৈবাক আমেরি-কাদা চাবা ফংদহ্না চবা হেনবা মী মশিং নাইদনা লৈখৎলক্লি। মীপুম খুদিংমক মান্নবা ৷তুংঙাইমিন্নবকপগী সমাজ অহু নস্তুবনা চন্না হেনবা মী মশিং য়াম্না লৈরি।

শেঙ্গাও পায়বগী লৈবাকশিংদা থবক তৌনিংলবস্তু তুপীশিংবুদি হেন্না অমুক থবক ফংহন্দে মরমদি থবক লৈতে। তুপাশিংদা হেন্না খুদোংচাবা পী অমস্তুং তুপীশিংবুদি থবক্তা লৌদে নত্রগা হম্বা থবকশিংদমক তৌহল্লি।

পোৎ পুথোকপগী থবক থৌওং কযাদা শরুক ল্লারকত্রিবা, উমুং মতুংদত্তা লৈরক্লবা অমস্তুং হম্বনা লৈজরিবী তুপীশিংবু মংুং ফানা থবক তৌহনবা য়াবগী খুদোংচাবা পীহ্না মখোয়বু ময়ামগা মান্নবগী থাক্তা অমুক লৈহনবা হায়বসি সমাজবাদ চৎলবা মতম-দত্তা ওইথোকই।

সোসিয়েলিজমগী সমাজনা অঙাং য়োকপদা মতেং য়াম্না পাংই। অঙাংশিংনা মমা মপাগী নুংশিনা লৈমিন্নজে অমসুং মখোয় নসু মচা মশুশিংবু যেংশিজে। ইমুং মনুংগী নুংশিনবা হেল্লি মরমদি পৈশাগী থন্দনা থাঙ্গশেংনা যানবা অমসুং নুংশিনবদগী লোন লৈনবা ঙাক্তনী। মী খুদিংমক শোযদনা থবক ফংহল্লি। মহৈ মশিং তম্বা, লৈনবা যুম, মেডিকেল কিযাব অমসুং অহল ওইরক্লবশিংগী সেক্যুরিটি পুম্নমক স্টেটনা পীরী। মসিনা মীপুম খুদিংমকপু পেলহল্লি। মবম অতুনা নুংঙাইববা অমসুং শান্তি লৈরবা ইমুং মনুং অমমম লিংবা ঙমহল্লি।

নুপী অমনা নুংশিবগীদমক্তা যুম পানবগী খুদোংচাবা ফংবদি সমাজবাদ ওইরবা মতমদতনি। *"It is only under Socialism that woman gets the opportunity to marry for LOVE."*

প্রেমিটিভ কম্যুনিজমগী (মমাংডৈ পুন্ন লৈমিন্নরিডৈ) মতাংদা নুপাগা নুপীগা মান্নবডৈ অদুগা লুহোংবা চৎনাদ্রিডৈদদি নুপী অমবু নুপা ময়ামগী ওইবমই। অদুগা সমাজবাদতদি নুপীনা মান্নবগী থাক অমা ফংদুনা য়ান্না চাওখৎলবা সমাজ অমদা লৈজবা ঙমই।

অসিগুম্বা সমাজ অমা ওইরক্লবগীদমক্তা ভারতকী নুপীশিংসু যান্না কন্না হোৎনবি। মীওইবগী সমাজদা মীনা মীবু ওৎপা হায়বসি লৈরিবা মখৈ নুপীশিংদি খাইদগী ওৎপীরবা কাংলুপ ওইতুনা লৈখি-গনি।

ভারতনা নিংতম্বা ফংবদগী হুপীশিংগীসু য়াওনা অনৌবা খুদোংচাবা কয়া লৈরে। তৌইগুম্বসুং ভ বতনা শেঙ্গাও পায়বগী (Capitalist path of development) লম্বীরোমদা চংশি-ল্লিবমথৈ হৌজিক লৈরিবা অতুং অনৈগী প্রথা অসিদগী নাম্হোক-পা ওগ্রোই।

ভারতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা জাতিগী গনতন্ত্রদা অওনবগী অমসুং শেঙ্গাও পায়দবগী লম্বীরোমদা চংশিন্নংগী হৌরম কয়া (National democratic revolution and non capitalist path of development) ভাবতকী প্রজা শগী মফমদা লাম্হোকলি। মসিনা সমাজবাদ পুবক্নবগী লম্বী ফাংপনী।

হুপীশিংবু সমাজদা অমসুং অর্থনিতিগী থাক রাংনা লৈহন্নবা অমদি জাতিগী লন হেন্না পুথোকনা অচুম্বা নিযমদা য়েন্হোক্নবা অসিগুম্বা জাতিগী গনতন্ত্রদা অওনবা অমা পুরক্নবা হোৎনবদা হুপীশিংনা অকনবা থৌদাং লৌবা তাই।

জাতিগী গনতন্ত্র কংনবা অমদি ভাবতপু শেঙ্গাও পাযদবগী লম্বীদা চৎনবা হোৎনবদা সমাজদা খ্বাইদগী চন্না থম্বীরবা অমসুং ওৎপীববা কাংবুশিংগা লোয়ননা চৎমিন্ননবা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মীযাম্বু ওর্গেনাইজ তৌবদা হুপীশিংসু যাওরি। মরমদি ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টি পৃথিবীগী লৈবাক কযাদা লৈরিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিশিংগুম্না মাক্সিজমদ থাজবা পার্টিনী অমসুং মাক্সিজমু নিং-থিনা মমুৎতানা বিজ্ঞানিক ওইবা মংৎদা থজবা নত্তনা ভারত্তা অমদি পৃথিবীগী লৈবাকশিংদ সমাজবাদ পুবকপা ওইথোক্তে।

মীপুম খুদিংমক্কী মনিং তমজনবা অমসুং পৃথিবীদা শান্তি থম্নবা পুন্না হোৎনবা নত্তনা নুপীশিংগী তোঙান্না চাওখৎনবা হোৎ-নবতনা নুপীশিংবু অরাংবা থাক্তা পুখৎলকপা ওইখোক্তে।

ঙসিদি পৃথিবীগী লৈবাক তবামদিদা সমাজবাদ পুরকপা ঙমখ্রে। অতেপ্পা লৈবাক ৩/৪ দস্তু সমাজবাদ শাগৎপা ঙম্লকপগী আশা উরে। সমাজবাদ চৎথ্রবা লৈবাকশিংদা থবক ফংদবা লৈখিদ্রে, পোৎ চৈগী মমল হেনগৎপা লৈত্রে, শেনগী মগুন হন্থদে, নুপীগী ইজ্জৎ পুবা কল্লে; শম্না হায়বদা মীনা মীবু ওৎপগী নিয়ম অমত্তা লৈত্রে। মবম অতুনা অতুগুম্বা সমাজ অতুদা মীনা মীবু ওৎপা লৈত্রবা, শেৎপা চাবগী কোন্নদবা লৈত্রবা অমদি লৈকোল লৈকোন্না থন্না লৈববা স্বর্গগী লৈবাক ওইখ্রে।

সমাজবাদ চৎথ্রবা লৈবাকশিং:—

*U.S.S R. East Germany, Romania, Bulgaria Jugoslovia, Czecoslovakia, Poland, Cuba, North Korea, North Vietn m, China, Albania, Mongolia and Hungary.*

হৌজিক মনিপুরদা থাইদগী মরুওইবা নুপীগী সংস্থান অমা লৈবে, মমিংদি "মনিপুর নুপী মরুপ" কৌই। মসি নেশ্যনেল ফেদ-রেশন ওফ ইন্দিয়ান উইমেন্স (N.F.I.W.) এফিলিয়েট তৌই। N.F.I.W. অসি উইমেনস ইন্টরনেশনেল দেমোক্রেটিক ফেদ-রেসনদা (W.I.D.F.) এফিলিয়েট তৌই।

ভারত নীংতম্বগী লান্দা নুপীশিংসু অকনবা থৌদাং লৌখি। অসিগুম্বা নীংতম্বগী অন্দোলোন কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবী নুপীশিংগী মরুংদা বেঙ্গলগী সরলা দেবী চৌধুরানিসু অমনি। মহাক রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মনেগী মচানী। মহাক্না কুবনসিংবা লিংখত্নুনা থৌনা নৈরবা নুপী নহারোলশিংদা ব্রিটিশ সম্র জ্যবা-দীগী অওৎ অনৈবু ভারতকী লৈমাইদগী মুথৎনবা ওর্গেনাইজ তৌরমই। শোক ১৯০৫ দা বনারসতা ফমখিবা নেশ্যনেল কংগ্রেসকী সেসন্দা মহাক্না "বন্দে মাতরম" শক্খি। ঈশৈ অসিগী অহা-নবা পরেং অনিদি টেগোরনা সুর পানবীবম্বনী অদুগা লেমহৌবা ষ্টেঞ্জা মথৈদি সরলা দেবীনা সুর পাঙ্জবনী। মহাক্না নৈরবক অসি নীংতম্বগী হোৎনবদা নত্তনা জ্ঞান ব্রাৎলিবী অমসুং চাও-খৎত্রিবগী নুম্নবা পোৎলুম কয়ানা নম্থৎনা চপথায়রবা নুপীশিংগী পুক্সিবু মনিং তমহন্নবা হোৎনরম্বীনি।

অতোপ্পা মখিং পনবা য়াবী নুপী অমনা মেদম কামা হায়না খঙনরীবী মেদাম ভিকাজি বসতম কামানি। মহাক ইনাক খুনবা পার্শি ইমুং অমদগী লাকখিবনি অমসুং লোয়ার অমদা য়ুমপানখিবীনী। দাদাভাই নাওরোজিনা শোক ১৯০১দা লণ্ডন্দা ভারত নীংতম্বগী ব্রাহে শন্দোকপদা মেদাম কামানা মতেং পাংখি অমসুং মতুদগী মহাক ভারত নীংতম্বগী লান্দা অকনবা থৌদাং লৌরকখি। শোক ১৯০৫ গী অহানবা রসিয়ান রিভোলুসন তৌ-খিবা অমসুং মতুদা শিন্নি কাংবুনা অমসুং নুপীশিংনা লৌখিবা থৌদাংশিং অদুদা মেদাম কামা য়াম্না পেঞ্জখি। গোর্কিগী লাই-

রিকশিং পারুবদগী অমুক্তা হেন্না অসিগুম্বা বিপ্লবতা থরাই য়াও-রকখি। শোক ১৯০৭ তা মগাক পেরিশ অমসুং আমেরিকাদা চত্তুনা ভারত নীংতমহন্নবগী কেমপেইন তৌরমই।

চহি অসিদা য়াম্না মরুওইবা থৌদোক অমা থোকখি। মহুদি সেকেণ্ড ইণ্টরনেশ্যনেলগী ষ্টুত্তগার্টতা ফমখিবা ৭ শুবা কনফরেন্সতা ব্রিটিশ লেবর পার্টিগী লিডর, রামশাই মকদোনেলনা কন্না খিংলবসু মেদাম কামা, রনাজি অমসুং বিরেন্দ্র নার্থ চট্টোপাধ্যায় মীকম অসিদা য়াওকই। কনফরেন্স অসিদা লেনিনসু যাওখি। কনফরেন্স অসিদা ইহান হানবা ওইনা মেদাম কামানা ভারত নীংতম্বগী মচু অহুমগী ফিরান থাংগৎথি অমসুং মখাগী রাহৈশিং অসি সভা অদুগী মমাংদা পাথোকখি। "ব্রিটিশ সম্রাজ্যবাদিগী মখাদা লৈবা অসি ভারতকী প্রজাশিংগী য়াম্না ইণ্টরেষ্ট শোকপা অমসুং সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংনা কবিগুম্বা লৈবাক অমতবু শুপ্নম সাসন্দা নমশিন্দুনা থম্বা পামদবনা মনিংতম্ববু নুংশিজবা পৃথিবীগী মীওই থুদিংমক্তা মীশিংদা পৃথিবী অপুম্বগী শরুক মশা থোকপগী অমা ওইরিবা ভারতকী প্রজাশিংবু অসিগুম্বা ব্রিটিশকী মীনাই যোৎহিং অসি লৌথোকপদা মতেং পাংবীগদবনি"। শম্না হায়রবদা মেদাম কামা অসি ভারত জাতিগী ফিরান পুথোক্লম্বী অমসুং জাতিগী নীংতম লাল থেংনখিবী মীশক অমা ওইবতা নত্তুনা পৃথিবীগী ওৎপী নৈহৎপীরবা কাংবুগীদমক্তা থেংনখিবা শোক ১৯০৫ অমসুং ১৯১৭ কী রাশিয়ান রিভোলুসনগী মগুন নীংখিনা খণ্ডখিবী নুপীনী। মহাক ফ্রেঞ্চ অমসুং রসিয়ান রিভোলু-

সম্মারীশিংগা শক খঙনখি অমসুং মরি লৈনখি। তৌইগুম্বসুং মহাক তশেংনা কম্যুনিষ্ট অমা ওইখিবরা হায়বতদি খঙবা ঙমদে। মেদাম কামা শোক ১৯৬৬কী আগষ্ট থাগী তাং ১২ দা নোঙ্গাখি।

অসিগুম্বা নীংতম্বগী লান্দা নুপীমক ওইরগনু যাম্না নহা ওইনা ব্রিটিশকী অওং অনৈ মুখৎনবা হোৎনবদা মনিপুবগীসু রাণী গাইদিন্লু ঐখোযনা কাওবা লৈত্রি। শোক ১৯৪২ গী "শিবা নত্রগা চঙবা" হাযবা ( Do or Die Movement) অন্দলোন অতুদা অরাবা কোঙ্গায় মাযোরগ্রবী নুপীশিংবু ঐখোযনা ব্যবহাব উৎলি। মসিদা লমজিংখিবী নুপীশিংগী মনুংদা অরুনা অসাক আলি অমসুং ব্রিটিশকী নোংমৈগুলিনা পাল্লবা কাওবদা জাতিগী কিরাল রাংনা হায়গৎলগী বোঙ্গালগী মত্তাঙ্গিনী হাজরা অমদি রানী ঝান্সিগী থৌনা ঐখোযনা নীংশিংলি।

ভাবতনা নীংতম্বা ফংলমদাইদা হাযবদি শোক ১৯৪৭কী হৌগৎলকপদা নুপীশিংগী ওর্গেনাইজেশন শক্তম অহুমথোক্রা লৈরমই। অহানবা শক্তমা-ব্রিটিশশিং অমসুং মখোযগী মতুং ইনব কাংবুগী নুপীশিংনা শেম্বা ওর্গেনাইজেশন্নী। মসিবু নেশ্যনেল কাউন্সিল ওফ উইমেন ইন ইন্দিয়া হাযনা কৌই। মসিগী উদ্দেশ্যনা সোসিয়েল রিফের্মেশন তৌতুনা নুপীশিংগী অধিকাব ঙাকপা হাযবসিনী। অতুবু জিলা থুদিংগী কলেক্টরগী নুপীশিংনা মহিলা সমিতি অতুগী মকোক ওইরমই। মহাক্না জিলা অতুদা লৈবা ব্রিটিশিংবু পেলহনবা পাম্বা কা'বুদগী শেল থায়গত্নুনা স্কুল অমসুং ফিশ-লোনশা তম্নবা সেণ্টর থরা হাঙলমই।

অনিশুবা শক্তম্না অল ইন্দিয়া উইমেন্স কনফবেন্সনী (AIWC)। ওর্গেনাইজেশন অসিদা মত থেংনবা কাংলুপ ২ লৈরমই। মুপীগী ওর্গেনাইজেশন্না বাজনীতি হাওবোইদবনি, জাতিগী নীংতম্বগী লান্দা ফাওবা যাওবা দবকাব লৈতে হায়বা কাংলুপ অমা। মসিদা বানীশিং যান্না যাওবমই। অতোপ্পা অমনা জাতিগী নীংতম লান্দা মুপীশিংস্থু শরুক যাগদবনি হায়বা কাংলুপ, মসিদা সরোজিনী নাইডু, কমলা দেবী চট্টোপধ্যায়, অরুনা অসাফ আলি অমস্থং অতোপ্পা মুপী কযাস্থ য়াওই। মসিনা মবম ওইহনা বিজোস্থসন মচা অমা পাস তৌনবা হোৎনবা ফাওবদা যেংনবা য়ান্না লৈরমই। অহুম শুইনমক মসি মমৈথংদা অচৌবা সন্থন অমা ওইরকখি। তৌইগুম্বস্থং মসিনা খুঙ্গংগী মুপীশিং, চা বাগান্দা থবক শুরিবী, খনিদা থবক শুবিবী, বিড়ি ফেক্টরি, জুত অমস্থং টেক্সতাইল মিল-শিংদা থবক শুজবিবী মুপীশিংবুদি থোঙ্গাবীদে অমস্থং হৌবী-কদে। মেম্বরসিপ ফি লুপা ৩ ওইবমই। লাইরবী মুপীশিংস্থু য়াওহন্নবগীদমক্তা মেম্বরসিপ ফি অহু শিকি অমমমতমক ওইহনখি হায়রুনা প্রোগ্রেসিপ ওইবী মুপী খরনা কন্না তকাশিনখি অহুবু অরেম্বদা তাখি।

অহুমশুবা শক্তম-অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওনা চংশিল্লক্রুনা বেঙ্গালদা জপানিজ ফেসিস্টশিংনা বম থাদবা হৌরক্লবা মতমদা কলিকতাদা মহিলা আত্মাবক্ষ্যা সমিতি শেম্বা হৌখি। মসিনা ফেসিজম্বু থেংনবতা নত্তনা মতম অহুদা বেঙ্গোলদা থোকখিবা শাখিরবা চাকতাংবগী মতমহুদা চবা হেল্লবী খুঙ্গং অমস্থং সহবগী মুপীশিং পুন্না ওর্গেনাইজ তৌহুনা বেঙ্গোলগী এসেমব্লি মমাংদা অচৌবা দেমোনস্ট্রেশন তৌখি। চিফ মিনিষ্টবনা খুদক্তা ওর্দর

তৌদুনা এসেমব্লি মমাংমক্তদা চেং য়েলহনখি। মসিদগী চেংগী থুকান হাংবা অমস্তুং মমৈথংদা য়েশল্লীং চংনবা হৌদোকখি।

মতম অসিদা অন্ত্রদস্তু মহিলা সঙ্গম কৌবা ওর্গেনাইজেশন হৌরকখি। পঞ্জ পুন। উইমেন্স সেলফ দিফেন্স লিগ অমস্তুং মমৈদা লোক স্ত্রী সভা হৌগৎলকখি। অস্তুম্না ভারতকী ষ্টেট অয়াম্বদা নুপীগী সংস্থানশিং শেম্বা হৌনরকখি।

ভারত অপুম্বগী ওইবা লৌমী নুপীশিং অমস্তুং শিন্মি নুপী মীয়াম য়াওবা নুপীগী ওর্গেনাইজেশন শেম্নবা হোংনবস্তু হৌবকখি। অদুবু চয়েৎনবা খরা লৈরমই। মতম অসিদা (শোক ১৯৫৩) উইমেন্স ইণ্টরনেশ্যনেল দেমোক্রেতিক ফেদরেশন্না (WIDF) শিন্দুনা কোপেনহেগেন্দা ফমখিবা মীফমদা ভারতকী নুপী মীহুৎ য়াওনবা বার্তোন তৌরকখি। WIDF অসি অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা জাপানীজ অমস্তুং হিটলরগী ফেসিজম্নু মায়খিবা হেক পীখিবা মতুংদা শেমখিবনি। অসিগুম্বা লাঞ্জাও অসিদা ম ববাক মজাতিগী গনতন্ত্র অমস্তুং নীংতম্ববু ঙাকনবা হোৎনবদা অকনবা শরুক য়াখিবী পৃথিবীগী নুপীশিংনা পুন্না পৃথিবীদা তমথিরবা মীওইবগী পুন্সি কয়া মাঙহল্লবা ফেসিষ্টকী সাসন অমস্তুং লাঞ্জাও অমুক হন্না খোকহন্দনবা অচেৎপা রাশক লৌনদুনা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা নুপীগী সংস্থান অসি লিংখৎখিবনি। (মতাং অসিদা ফেসিজমগী চাওরাকপা শক্তম থজিক্তং পঞ্জগে। দেশ থুদিংমক্না শা অগী লম্বীদা চাওখৎনবা চংশিন্নরকপা থুদিংদা ফেসিজম্না শাখিরবা অপনবা অমদি য়ৈণাই থিনগাইবা পীদুনা লাক্লি। মতম মতমগী খোংলৈগা চান্নন। ফেসিজম্না তোঙানবা শক্লোন্দা চোংথোবকই। করিগুম্বা কান্দা সম্রাজ্যবাদীগী শক্তম লৌদুনা পিক্লবা লৈবাক-

শি বু লৌশিন্নবা ঙোংনৈ, কাবগুম্বা মকমদনা ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী মিংদা কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা ফুগাইনহল্লি। ঈংনা ঙম্বা পাঞ্জবা লৈবাক অমদম্ম অশান্তি থোকহন্দুনা লৈবাক অমু কাংখোং চাইহল্লি। মখোয়না শক্তি ওইনা হিংমিন্নবা পামদে হিংসা অমসুং ফত্তবা পাম্বৈ কযা শিজিন্নদুনা মখোয়না মিংযেং চংপ্রবা লৈবাকশিংদা শান্তিবু খোংগোইনবা পামই। চিলি অমসুং বঙ্গলাদেশতা থোকখিবা থৌদোক, প্রেসিদেন্ত এলেন্দে অমসুং সেখ মুজিবর রহমান হাৎখিবা ফেসিজমগী অকোংবা শক্তমনি। ভুসিদি অসিগুম্বা শক্তি অসিনা ভাবতকী গনতন্ত্র অমসুং সামাজবাদপু বন্না শিংনবা হোৎক্লে। আইনগী মতুংইন্না শেম্বা সবকারবু নমফুদা চিংথুনবা অসিগুম্বা তমথিরবা শক্তি অসিনা থৌশল কযা শিল্লকপনা মবম ওইদুনা লৈবাক মীযামগী স্বার্থদা ভাবত্তা ইমার্জেন্সি পুবকখি। লৈবাক অসিদা লৈবিবা ফেসিষ্টশিংবু মপানগী ফেসিষ্টশিংনা মতেং পাংলি হাযবসিসু খঙনরবা ব্র ফমনি। হৌজিকসু প্রধান মন্ত্রিগী শেনথুমগী থৌরম ২০বু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অসিগুম্বা শক্তি অসিনা অপনবা পিননবা লোন্না থবক বন্না তৌরী)।

কোপেনহেগেনগী মীফম য়াওনবগী উইমেন্স ইন্টবনেশ্যনেল দেমোক্রেটিক ফেদরেশন্দগী বার্তোন ফংবগা ভাবত অপুম্বগী ওইবা প্রেপরেটরি কমিটি অমা শেমখি অমসুং দেলিগেৎ অমা থারুই। মীফম অসিদা কুপীশিংগী লৈগদবা অধিকাবশিং লাউথোকখি। মসিদগী হল্লক্লগা ভাবতকী ওইনা অর্গেনাইজিং কমিটি অমা শেম্লে অমসুং মসিনা শোক ১৯৫৪ দা কনফরেন্স অমা কলকত্তাদা কম্নবা শিনখি। কনফরেন্স অসিদগী নেশ্যনেল ফেদরেশন ওফ ইন্ডিয়ান উইমেন (N.F.I.W.) শেমখি।

NFIW গী ফিরান মথাদা ভারতকী ষ্টেটশিংদা লৈরিবা নুপীগী ওর্গেনাইজেশন অচৌবা অমসুং মচা পুন্নমক পুনশিন্নবা হোৎনখি। লৌমী শিন্মি অমসুং শুক্ক নোমজবীবী নুপীশিংবুসু পুশিন্দুনা মখোযগী দাবী কয়া পুথৎপা অমসুং তৌবা যাবা শেমগৎ শাগৎপগী থবকশিং হাযবদি থবক শুফম অমসুং স্কুলশিংবা লিংখৎলকখি। লোয়নবা লৌযাম চাবা অমসুং সম্রাজ্যবাদিগী অওৎ অনৈগী মাযোক্তা অমদি গনতন্ত্রবু ঙাকনবা ভারত্তা অমসুং পৃথিবীদা শান্তি থমজুনা লৈবাক অমগা অমগা মরুপ শান্নবা অমসুং নুপা নুপী মান্নবগী অধিকার থন্নবা কন্না হোৎনরকখি।

NIFW অসি WIDF এফিলিয়েট তৌই অমসুং মসিনা আফ্রিকা, আমেরিকা, লেতিন আমেরিকা, এসিয়া, অষ্ট্রেলিয়া অমসুং ইউরোপ য়াওনা পৃথিবীগী লৈবাক অযাম্বগা মরি লৈনবী। পৃথিবী-গী লৈবাক পুন্নমক্তা শান্তি লৈহনবা অমসুং মরুপ শান্নবা হাযব স NFIW না নুপীশিংবু পুরা মনিং তমহন্নবগীদমক তৌদবা যাত্রবা মথৌ অমনি হাযনা লৌই। গনতন্ত্রবু ঙাক্নবা লড়াই তৌবা অসিসু সংস্থান অসিগী মরুওইবা প্রোগ্রাম অমনি। মবম অসিননি ভিয়েৎনাম মনিংতম্বগী লানবু ফেদরেশন অসিনা বঙ্গলাদেশকী লান-গুন্না নুংশিজরীবা অমসুং এঞ্জেলা দেভিজবু কন্ননবা হোৎনবা অতুবু সাউথ আফ্রিকাগী এপার্থাইদকী মাযোক্তা লান্থেংনবগুম্না মরুওইনা লৌখিবা। মসিনী হৌজিক পৃথিবী অসি অস্নুপকী মতিক পিকশি-লহনবা ঙম্নবা অমসুং মীওইবগী পুন্সিদা শক্তি লৈরবা নিউক্লিয়ারগী থুদোংথিবা লৈরবা মতমসিদা ফেদরেশন অসিনা লৌরীবা অনৌবা খোঙথাং। নুপীশিংগী পুন্সি নুংঙাইহনবা অমসুং চাওখৎহনবা হায়-বসি পৃথিবীদা শান্তি লৈহন্দনা অমদি মীপুম থুদিংমক মনিংতম্বগী লম্বী, সমাজবাদ শাগৎপা নত্তনা অতোপ্পা অমনা ওইথোকহনবা ঙম্লোই।

নেশ্যনেল ফেদরেশন ওফ ইন্দিয়ান উইমেনগী এমস এন্দ ওবজেক্টসঃ—

(ক) ফেদরেশন অসিনা মশিংতম্বা, গনতন্ত্রিক ওইবা চাওখৎপা ভারত অমা শেইনবা লেপলি। জাতি পুম্নমক মনিং তমজবা, শান্তি লৈবা পৃথিবী শেইহনবা অমসুং কুচু থেম্নবা, মুপা মুপী থেম্নবদা, ধর্ম অমদি রাজনিতিকী থেম্নবদা মীচং সংগন নাইবা লৈহন্দনবা হোৎনবা।

পৃথিবীদা লৈরিবা মুপী পুম্নমকা মরুপ শান্নবা, অপুনবা অমসুং অমত্তা শেইনবা লেপলি।

(খ) মুপী অমসুং মুপাগী মরক্তা মান্নবা অধিকার অমসুং সমাজদা অচুম্বা বিচার ফংনবনা যুমফম ওইরগা ভারতকী মুপী পুম্নমকপু সমাজদা, অর্থনৈতিকতা, কলচরদা, রাজনৈতিকতা পুরা মনিংতমজনবা থবক পায়গনি। মুপীগী মশা মউ ফনবা, রাখল পুক্নিং চাওখৎনবা, লমচৎ শাজৎ, অর্থনৈতিক, মহৈমশিং তম্বদা, ফগৎনবগীদমক্তা, অঙাংশিংগী ঙাকশেন্নবগীদমক্তা, মমাগী অধিকার ঙাক্নবগীদমক অমসুং মমা ওইবী কাংবুগী ফেদরেশন্না হুংঙাইনবা থেংনগনি।

(গ) ফেদরেশন্না পীরীবা এমস এন্দ ওবজেক্টস অসি ফংনবা অচুম্বা অমসুং আইন্না য়াবা উপায়না লড়াই তৌহনা থেংনগনি। ফেদরেশন্না জাতি অমসুং অন্তরজাতিগী ওর্গেনাইজেসনগা মরোং লোনরগা সেমিনার কয়া তৌহনা উদেশ্য অসি ফংনবা হোৎনগনি।

মনিপুর মুপী মরুপা নেশ্যনেল ফেদরেশন ওফ ইন্দিয়ান উইমেন,

ভারতকী ওইবা মুপীগী সংস্থান অসিদা এফিলিয়েট তৌবা মরম্না কেদরেশনগী উদেশ্য অসি ভাক্না চংকনি।

অদুগা লোযননা মনিপুরগুম্বা থোইদোক হেন্দোক্না মুপীনা সমাজ অসিদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌরীবা মফম অসিদা লৈবা মুপী কাংবুগী স্বার্থ থুদিংদঃক ভাক্না পুথৎকনি। মনিপুরগী সমাজদা মনিপুরী মুপীনা অর্থনৈতিক্তা, ফিশা লোনশাদা, লৌউ শিংউবদা, কলচরদা রাজনৈতিক্তা, থাইদগী চাওনা থৌদাং লৌই।

অদুবু সমাজ অসিদদি মুপীবু হন্থনা লৌবা অমদি ওৎপা অসিনা মুপী মুপা খেন্নবগী চাং হেন্না লৈ। মনিপুব মুপী মরুপ্না অসিগুম্বা খেন্নরীবা অসি লৈহন্দনবা থেংনগনি। মনিপুর মুপীগী মশা মউ ফনবা, মহৈ মশিং তম্বগী অরাংবা থাক পুথৎনবা, মুপীগী অশুমন মতিক চানা ফংনবা, মমা ওইবীশিংগী হেন্না থুদোংচাবা পীনবা অঙাংশিংগী মশা মউ ফনা থম্নবা পুথৎকনি। রাজনৈতিক্তা মনিপুর মুপীনা এসেম্বলিদা ফাওবা অমতা রিপ্রেজেণ্ট তৌদনা হন্থনা থমলিবা অসিনচিংবা পুন্নমক্তা মুপাগা থাক মান্নবা পুথৎনবা লড়াই তৌগদবনি।

---

## মরি লৈনবা লাইব্রিকশিং:-

1. What is Marxism ?
By Emele Burns.
2. The Origin of the Private Property, Family and State. By Engels.

3. Lenin On the Emancipation of women.
4. India from Primitive Communism to Slavery
By S. A. Dange.
5. Communism to day (5)
By Vimola Farooqi and Renu Chakarvorthy.

* পাবীরীবশিংদগী

লাইব্রিক অসিগা মরি লৈননা হংবীরকপা রাহংশিং অমস্তুং করিগুম্বা মথং ফোংবদা হেন্না ফগৎনবগী মত [সজেশন] পীবীরক্লবদি ঙমথৈ লৈতনা নুংঙাইজগনি।

Dr.M. Nara Singh
Rational Clinique.
Wangjing Bazar.
Manipur.

## পৃথিবীগী শু-নোম্রিবা অমসুং নৈহৎপীরবা কাংলুপকী ঈশৈ

হৌগৎলো পুক লাম্বগী বন্দিশা।
হৌজিক পায়খৎলো অঙাংবা থা শাং
কয়াম কুইনা থাঙথিনি ইচিল ইনাওশা।
মীওৎপশিংগী অত্যাচার ?

নখোয়গী ঈতনা মচু শঙলবা মীকপ মীবাওখোল
হৌজিক মায়কৈ তবাদা শিনবা থুংলক্লে,
চহি চা কয়াগী অফা অপুনশিংসে
অমত্তা ওইনা থুগাইবশি।

অয়োইবা লানকম অসিবু
ঐখোয় পুন্না থেংনত্থনা জয় ওইগনি,
শক্লো ইন্টনেশ্যনেলগী ঈশৈ;
শক্লো জগৎ নিংঙ্খম ঈশৈ।



